৺সরোজিনীদেবী পাল—

ইমাশকপী ইন্দোন-ইবেম্মগী

খুম্নাখাদা নচাগী 'ইমা' অসি কচ্চরি।

পিরকপা চিঠি—

# জৈ শ্রীহরি

প্রিয় রাজকুমার শীতলজিৎসিংহেষু।

ইবুঙেঙা

**ইবাই সপ্রেম মঙ্গল-কামনা লৌ।**

*‘ইমা’ পারে—পারে নত্তে—থক্রে। ময়াই কনা কৈ কনা নিংখিমা কল্লি। ঙাওরে—ঙাওরি—ঙসিদি থাগাইমুক হায়রক্রে মংলান অমদা তাউরি। পুক্লিং চোইরি—ঙাওরি—নম্নাইদবা খোঙকম অমদা লৈরি। করিদোরি হাইকম থঙদে—য়ামখ্রে। মতোমদা তুমিন তুমিন ইচৈ অমদি ঙংবা তায়। তামীংবরা? ছক্কে তাও।*

নাশংনা ম্রোম্বা ফুলেলদো লৈশক হেল্লি শীংথানৈ,
ইপোম্না বায়বা থম্বালশু লৈওং নিংথি ছৈছক্নৈ,
থারোইনবা থাবল্লেগী লৈনম মুংশি থাগৎনৈ,—
লৈরাং লৈরূপ চিংখিবনা নাক্না য়েৎকা মনোপচৈ।
শীতল-কাব্য-কাননগী ইমা-লৈরাংনা মহেজৈ।
সেঁ উতি ক্ষৌবী লৈরাংদো লৈগুণ শুনা মচেজৈ;
পিজ্জক চেংতক ইনৌ নৌ লৈশক লৈত্তোদা মপাজৈ;
ইংনা মেংনা থম্মোই-খোল লৈনম্নিদশু মপাজৈ;
নম্ন-নম্ন লৈমুংশি থম্মোই খোনবদা মহেজৈ:
শীতল-কাব্য-কাননগী ইমা-লৈরাংগা মাম্নজৈ।

খংলবরা মাগী মুণ্ডাইবগী মচাক অমা ? করি মঙ্‌ মঙলি ? শেমজরিবা কাব্য-কাইন 'ইমা'গী গুণতনা লেঙলরোই। 'ইমা' মখোঙ ছোম্বা তনগনু, নোংমা মনম ফুকায়রদৌরি।

সমালোচনা অমা ইগে নীঙঙুরে—কোলোম পায়খংলুরে। করিমতা চত্তে। করম চংকনি ? খুদক অমত্তদা রাখল-নোংথাং পরেংনা মাইকৈ মরিদগী কুপশিল্পকপদা পুমথক থকখরে—পুমঙক ঙকখরে—মুংবংনরে। শরংথাগী থায়াইদা য়াচং-তিয়া-কারলদা নোংপোক-নোংচুপ পা, খাগা রাংগা লেপ নোংথাংনা ফীরাল হাইনবা উরবরা ? অদু উরবদি খরদং খঙবা ঙমগনি। য়েহৎলে— খংচৎ–চৎলোইদৌরি।

ঐগী মোত খরদং থুনা খঙনিংবা য়াই। অদুনা চিঠি অসি ইরিবনি। খংবদাই ঐ মহৌশানা কাঙঙগী ফোরোই চংলি। নাকল নামতা য়েংবরা রাগনু। থাগী কালিমা লৈতেং ঙইনা থোকই ভাবোক্তা—নিংথিবা মঙাল মম্মি পৌরাণিক্তা। অদুবু জগত্তা অমম-অঙাল থানদে, অমম্বনা হেল্লে মম্বনি; অদুগা অঙানবনা হেল্লে ঙামবনি।

**ইমাগী লোল**—লায়না ফজে চম্মা লুই; অদুদা নত্তে, খন্নাইগী নাসোল অমা ফংবগুম তৌই। পীথোরকপা কোলোমগী তুররিংবা মপাউ ঙইনা উই। শজিবু থাজিনগী পী-থাদোইগী খোম্মাংগুম থম্মোইদা খঙ্‌-খঙ্‌ পামবগুম তৌই। নশাদি খঙেঙাই। থাদোয়না চেক্লা পংহৌ-হরাওউজদুনা মনিং তম্মা পংখোং মখোংজবনি। কোকিলনা পঞ্চম খোজে খোংবরা ? বাহোংনা নিথাক ( নিষাদ ) ছকে ছকপরা ? ভাবোক্তনা খঙবনি। থারোয়ননা

পংথোং মথোংজৌ। কালেলনা শীথাদোইদা থোম্থাং নীজবা হাপ্তবা য়াবরা ?

মমুং — মশাম্না ফনা মুঙঙাই — পুম্নৌ নৌনা থোকই। জগৎনা ফীজং মুংদা মপুং শায়ে; অতুগা পান্দা মচেৎ শায়ে। 'ইমা'গীদি ফীজং পান্দা মপুং শায়ে। ফীজংমুংদা মুন থী পান্দা কুম্মে উৎলি; মুংদা তাল থাই, পান্দা জগোই শাই। অতুগা অমনা টেলীভিজনগুম পানগী কুম্মে পুম্নমক তাল শীরিবা অতুগী মমুংদা লোইনা অত্তুম মউই—মপান্দা চতুনা য়েংনিঙঙাইস্থ লৈতে। 'ইমা'দা মপুং ওইবা নায়িকা মমা-থম্বালনি। মাগী পুন্সি তংথাই অমনা সূত্রদা লোইথোক্লে অতুগা মশুং অমনা থুপচয়ে। মশুং অমতা ফীজংমুংদা পুশিল্লি। তেংবাংজবী নায়িকা মমা রাধানা ফীজংমুংদা শাম্নরি। মমা রাধানা মপুং শাম্নরিবা মীপাইজাওবী মমানি। মাগী মুংশি-মীপাই রাহে অমনা, মাগী মিৎলুগী পিরাং অমনা রণজিৎ পোকপী লাইবকচাওবী থম্বাল-গী শায়োল—মুজা-থম্বাল অমদি মমা থম্বাল-অনীগী মচা রণজিৎকীদমকতা লম্নাইদবা পুন্সিগী তাংথক্লাইবা থোঙফমদা ইন্নরকপা চিংনরকপা—মমা থম্বাল-না থোংফম থুদিং মুজা-থম্বালবু ঙমজরকপা, রানা নমদা পো, চেৎনা মুংদা চল্ পুজরকপা ভাবোককী মমাংদা তরং তরং তসেং-তসেংনা হেক্তা মউৎলি। থঙনিংগরা ? 'ইমা'গী সূত্রপাত নিংসংসি। মেঘ-রাধা অনিনা কৈথেল কুম্নকপা, তুম্না, মমাগী মথা-ছেৎনরক্লবা কাফে-চৎপা রণজিৎনা য়াচং থোংনাং মরুমদগী য়াচং-থোংনাং থুপ্না উরুম্বু থাজ-মঙাম্না ফোং হায়বগী নাতাগুম রাধা তম্না ইমা হাইনা চেঙ্ঙিল্লকপা, মুজা-রাধাগী মরুমদগী মমা রাধানা

ফল, চোংথোকতুনা 'করি তৌরম্মী নংদি' সিদা মীপাইনা কোল্লকপা কনাগী পুক্নিং পাল্লোই ? অসিগী থোঙদা ভাবোক্না উরিবা পানগী তুজুংবা শীরোইনবা কুম্মৈ য়েংনিংঙ্রা ? তমথীরবা অহিং – থম্বালগী মাঢ়বা পুক্নিগী থোঙহৌ—থোংহৌদা থোকখিবা তুজুংবা থৌদোক মরাম— অঙকপনি, অঙকপা ফিজিন্নি।

মুংগী ফীজংগী মমা-থম্বাল শামখরে পানগী ফীজংদা শকহেনবী থম্বাল—শকা চুগা, শমগা নাগা—মাইথোংগী মঙাল থাক্ত ইপোম ওইনা শন্দোক্লক্লে—কাঙঙাওনবা গৌরহরিদা মঙাল তাররে। মঙান্না মাগী থম্মোই চিংলক্লে—ওল্লক্লে,—থকু খা ওল্লে। অপাম্বা ফাওরক্লে, মীহৌবা ইল্লক্লে, কল্লকপা লাক্লে, য়েংখিবা পোক্লক্লে। মমৈদা মমৈদো শাবুক হৌরক্লে। গৌরহরি ঙাওরে—নমহৈদরা পল নমথেক্লক্লে। নিত্যাই তুরে।

নিত্যাই হাৎপা কনানো ? শক মুজা ওইবীশিংগী অথোইবা লম্নি। লাইবক-চাওবী কনা কনাগুম্বীশিংগীদদি কাল ওইনম্নু মথোকই। থম্বাল লাইবক-চাউবীনি; মশক্না কালনি। মাগী মশকক মী-শা গৌরহরিগী শাবুক্না—অনীনা নিত্যাই হাৎপা নত্রা ? পুক্নিগী মুঙঙাই-মংলাল মংবদা, মংবদা হৌরকপা মতম্নি—মুংগা মুংগা ছেৎন-খাইনরকপা মতম্নি ·· মমাংমক্তদনি—মাগী মশক্না কাল ওইহনা মপুরোইবা য়োৎপনি। মুজা-থম্বাল করি ওইরি য়েঙঙু। কারে, চাক্লে, সোর মৈবা চিংলে, মিৎকী ইচেল থকখ্রে লোইরে, লিক্লাং চোইনা তারে। আশাদনা মীনা হিংনৈ। মুজা-থম্বালগীদি তমথীরবা অহিং অমগী চাক্লবা পুঙ্গোই অমদা তাকখরে।—হৌগৎলকখিব্রা ? হৌগৎকম থোকত্রে।

য়েঙঙ্, কাফৈ-চৎপা থুক্রবা রণজিৎ চেনখোয়রক্লে। মমাদা কোল্লরে। মচাগী অইংবা শউম কংলে। চাক্রবা থম্মোইগী শারবা মৈবা চিংবা সোর মিৎলুগী নোং ওইনা শিন্থরক্লে। মুজা-থম্বালগী কায়রবা থম্মোই তাইছিল্লে। মমা-থম্বাল মুজা-থম্বাল চিংথৎলক্লে হিংমিন্নরে—মুজা থম্বাল থম্মোই কোন্দুনা খাঙ্লে, মমা-থম্বালগী পোইরৈ ইল্লে। অঙকপা, তুজুংবা পীরোইনবা পানগী কুম্মৈ নত্রা? ভাবোক্কী খুদা ফম্নিংত্রা?

মতাং অসিনা অসিদা অন্থুম মরোইছিল্লসি।

**ভাব**—নিংথি। কদায়দগী পোক্লকই? হভিঙবা ঐ অঙাও-বনি—ঙসাইনা ঙাওরে হাইশ্রে। মুংশিবা, হৈপাল-লৈপালগুম্বনি। মরু নায়—অপাম্বা অমদি অপাম্বগী শায়োল মীহৌবা, মীতাবা, অনীংবনচিংবা। মমাগী মচা-প্রেম অপাম্বা চংদে। মমাগী কোলোই মচাপ্রেম মচাপ্রেমগীনা মমা অসি নত্রা? মমানা ইচ্ছা মচানা শক্তি, মমানা কামনা মচানা কল্যাণ·· অসি নত্রা? মমা দেশমাতৃকাগী শায়োন্নি, দেশ-মাতৃকা মমাগী পোংথোকপা হকচাংনি। সেবা অনী স্নেংনবা য়াদে। য়েংনন্নবদি খোম্লাং মমল শিংবন্না হায়নবু লঙজবা ওইনা থোকই অসি নত্রা? নিংথি পাল্লি। মমা নিংবতনা মমাগী য়াকাইরোল মিংথৈ থঙবা হৌনৈ।

**রস**- অঙকপনি। মুংগী রস অমা পানগী রস অমা—রস অনীনা 'ইমা' অপুনবা অমত্ত-ওইবা ইচেম্নি। ভাগীরথী অলকানন্দা অনীগী শায়োল ওইবী গঙ্গানা জগৎকী অমম অঙাল কাংলুপ অনীদা শায়োল শান্নবগুম মুং-পান অনীগী ভাবোক্তা ইমানা শান্নরি।

পানগী রসকী রা থাদোক্লম্লসি য়াম্না শাংথিগদৌরে। মুংগী ঙহাক্তং চুপমিন্নসি। ঐনা হৌবা লাল্লব্রা ? লান্দে। নশা খঙকম থোক্তে, কুম ইঙ্খিন্দগী পংথোংমথোংলিবনি। সূত্রপাত অমুক্ল নিংসংসি।

রাধা মচা পোক্তে। মচাগী মুংশিবা মহাউ থংদে। কাফৈ চৎপা রণজিৎনা ইমা কোনবদা মহাক করিগী মিপাই ? 'করি তৌরম্মি নংদি সিদা' মিপাইনা মাবু করিগী কোল্লি ? রণজিৎনা করিগী নিঙঙাইদনা মাগা লৈ ? ইঙেঙন-তিয়াদা নোংজা-জগত্তা খঙহৌদনা নোংথাক-ইথক লাম্লগা মীকুপ অমতং তেংবান পুমঙাল ঙালবগুম সূত্রপাতকী 'করি তৌরম্মী নংদি সিদা' মীকুপ অমত্তং মঙালগী ইথক অমা পি। মঙাল অদুনা ভাবোককী মিত্তা জ্ঞানগী জগৎ অমা ফোঙিঙ। জগৎ অদুদা থোঙদবু থাংজিল্লুরবদি মংলান্দা ঙাওদনিঙাই লৈতে। মুংগী রাধানা মুংগী কাফৈ-চৎপা অঙাংদা করি হায় খঙব্রা ?

"রাগমু ঐ মুপীনি ; জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী ঐ শায়োন্নি। ঐগী ইমিং ইমা কৌই। ঐবু শকখঙবা মীগী অরাৎপা লৈতে। ঙসি ঐনা রাধা ওইনা লৈরম্বসিদা নংনা ঙকপনি। ঐ নমানি, নং ঐগী গর্ভদা হুম্না হুম্না পোক্লবনি। ইমানি মুম্না য়েঙঙু।" মুংগী-কাফৈ চৎপা অঙাং মমানি থংলে—মবুক তপচরে।

ঐনা হায়খিত্রা পুক্লিং করি দৌরি হায়কম খঙদে য়ামপ্রে। শাজল্লু সূত্রপাতদা কয়া লৈপ্রে। ইমা করিনো খঙব্রা ? মম্রনি—মচাগী জগৎকী গুম্নয়াই মম্রনি মচাগী গুম্নয়াই, মুঙঙাই-য়াইকবগী

থোম্নয়াই, অবা–অনংগী কোক্নয়াই, অকি অথংগী হুম্নয়াই, অসোল-অনাগী কনয়াই ইমানি। কাফৈ চৎপা অঙাংগী ইমা ভাবোক্কী পুক্সিংদা থুক পাল্লি। মমা বাধাগী মিপাই ইথক্না থক হল্লকই, শক-খঙজ্রিবী লাইবক-চাওবী মমাগী মিকপ থোঙেল হেক তাই। তান্নক অহুদা পুক্সিংনা করিগী বাধানা তহৎ হৌঙ—নোংথাংগী থংহোৌদনা ইথক অমা লাকই মংলালগী জগৎ অমা উই। হুম্বরকই ফীজং-পানগী লাইবকচাওবী মুজা-থম্বালগী অবাবা পুন্সিগী থোংহো—খঙদে।

য়াম্না ইনিঙিঙ—ঐ ঙাওরি; অতুগা ভাবোক অতৈগী শক্কন্নু খাক্কবা য়াদে অতৈনা বারৌবা য়াই। অমতং ঙাংনরগা বিদায় তৌনসি। ঐনা মঙলিবা শীতল-কাব্য-কানন ঐনা উনা চৎখিবা ঙমগদ্রা? লৈরাং অনীদি উরে। লৈকোন সেম্বদি হৈগদৌরি। ইমাগী য়াকাইরোল নিংথিনা তম্মু, ইমাগী য়াকাইরোল মিংথৈ হান্না খঙঙু, ইমাগী ইচ্ছানা মচা নংগী শক্তিনি, ইমাগী কামনাদনা নংগী কল্যাণনি। ইমা মীরাইক্লবরা ঐখোইনি। ইমাগী মচা ঐখোইগী প্রেমদি 'নিষ্কাম'নি। অতুমকপু মচা ওইবা ঐখোইগী লংজবদি ইশানা খঙনা অনুতাপ তৌবা তাই।

ঋষি বঙ্কিমা বন্দনা করিগী শক্রমই "বন্দে মাতরম্"
সাধক মুকুন্দদাসনা বিনতী করিগী তৌরম্মী
জাগো জাগো গো জননি!
তুই না জাগালে কেউ জাগিবে না
তুই না নাচালে কেউ নাচিবে না

থমম্নি!

**মবাই,**

তাং ৩। ১০। ৪৭ ইং শ্রীমীনকেতনসিংহ

শ্রীযুক্ত রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ বি, এ, না লেংবা "ইমা" হায়বা উপন্যাস পাজ্জরে। মাসিগী লায়না ফজবা লোন অমত্তুং বারীগী নুংঙাইবা অচুপা অফবা মখেম, থাজৈখেংনমক থাগৎনফমি। ঐথোইমা লেখক অসিগী মণিপুর সাহিত্যগী মরমদা য়ায়া আশা তৌবা য়াই।

শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহ
৯। ১০। ৪৭ ইং

# ইমা

## অমা

মুমিংনা ময়ুম চংখৎরবা কাল—অদুগা য়ুম খুদিংমী মৈ-রা হৌগৎনরকপা মতম—মরমওকপী লাইনিং-চৎন-খংলবী য়ুম-গোনবীশিংনা সুমাং-থেলোং-ভাল্লিবী বৃন্দাদেবী মথোংদা ধুপ-থাওমৈ থান্দুনা তাইবংশেম্বা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিং-নরকপা—মন্দির মন্দির খুদিংদা সন্ধ্যারতিগী পুং-শেল অমদি কাংসিগী গোং-গাংনা ভক্তশিংগী থম্মোই হুনরক্লবা—খ্বাইরম্বল কৈথেল-না ঙুং-ঙুং তিনখৎলক্লবা মতমনি।

য়ুমদা কুম্বনা কুম্বা হৌনরবা অদুগা কানরকপনা কারকপা—কৈথেলগী অকা-অকুমতনা লম্বেল সোড়োক পুম্বা মীনা থনগৎলকপা মতমনি।

পোংলৈবা লোইরদুনা নিপা মতৈ-মনাও অমনা পোং নম্বো অমমম মনমদা পোনরদুনা ময়ুম কুম্লম্মী। লাইরনা পান্‌বা য়ুম্বানগী অরাবা কোঙ্গাই লৈরবম্ম মদু লোইনা কাউথোক্লুনা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মতৈ-মনাও অনিসি মাইথোং মকা শাম্ন বারি শারদুনা লাক্লম্মী।

"য়েঃ, ঐদি কাওবু কাউই, ওসাইহু তাদা চাওবখোইগী মমাগী ফীয়োইগী বার্তোন তৌরম্মী।" অসি হাইনা য়াথানা বা হৌদোক্লকই।

মেঘচন্দ্রনা অহুদগী হংলম্মী—

কদৌঙৈ থোকলিবা?

হয়েং ওইরমাল্লে। অহুম চৎতবা য়াদে। ঐখোইগী থোকপা মতমদদি তাদহুনা অরা-অনা খংদবমখৈ নোম্মী।

ঐখোইনিমক্কী তৌরকপরা বার্তোনদি?

ইমুং হুপ্পা হাইরম্মীনেদো। ঐদি ওন্তা হৌহুনা ইমুংগী থবক-ইনথাং লোইরম্লগা হেঞ্জাং-নাপী শেম-খোংপা য়াওরুবা তাই।

ঐবুসু ওন্তা হৌদোক্লকউ। ঐসু খরা ওন্তা চৎপনা ফৈ পেমা।

মখোই অনিনা অসুম্না বারি শার-শারহুনা লাকপদা তাল-লক অমা থোক্লুনা লমজাউ অহুদা মী-পোং অতোপ্পা অমতা চৎলমদে। পাকচাওরবা লম্বী অহু মখোইনিতগী ওইনা লাইনা শেম্লগুম মনিংমথা তমনা বারি শাবা ওম্নম্মী।

## ইমা

অসুম লাকপনা কাংগুবম লৈরক মপা য়োৎরক্লে। উরুমদগী চহি অনিয়োম তুরবা অঙাং অমা মথন্তা কাকৈ কাকৈ চৎলম্বা উই। মরুমদগীগা থোরকপা অদুগা অঙাং-হুনগা মতম চাদবমখৈ লৈরম্বদুদা মেঘগা রাধাগা অনিদো লাইর-করিনো হায়না মবুকনিং থুক লাওরম্মী।

অঙাং অদুনা রাধাবু উবদুদা ইমা-ইমা হাইনা কৌরদুনা হোৎচল্লক্লম্মী। অদুদদা তাইবং-মী ওইরমাল্লে হায়না মখোই অনিহু মীহুন হুম্বরম্মী।

রাধানা অঙাংহু কোনশল্লম্মী।

লোৌখতুনা পল্লগা রাধানা হাইরকই—করি তৌরম্মী নংদি'সিদা?

অঙাংহুনা মরোল ইখোই-খোইনা ময়েকতি শেংদবমখৈ অম্মুয়া থুম্লম্মী— ইমা, ঐ অসিতা তুম্-ইঃ।

মতম ইচা চাদনা অঙাং অসিনা লমবেলদা করিগী তুমফম থোকই? মপা-মমানা ফমুংদা শুমবদগী হৌরক্লগা জ্ঞান মাংলদুনা লমজাউদা চেম্থোক্লকলিবরা? নত্রগা কনা-শুমবা অমনা পোদুনা পুথোরক্লগা অঙাংসিবু অদুবাইদা থনম্লগা মনাক্তা চেল্লিবা তুরেলদা কুমদুনা অমাং-অশোই

ইমা

তৌখিরিবরা? অসি পুন্নমক নত্রগা কনাশুমবা অমনা মক্কম-মরাং খংদনা উ-খাদা অঙাংসি তুম্লিঙৈদা হন্দোক্লমবরা?

করম্না অঙাংচুনা মফমচুদা লৈফম থোকপগে হায়বসি মখোইগী মবুক্লিংদা ইথক হৌবগুম্না থুনা থুনা মওন-মওন খল্লম্মী।

পোলেপ-ক্কম খংলমদে।

মখোই অনি তুমিন্না ঙাইহাক লৈনরগা কাওবম লৈকাইগী মী অম-অনিদা অঙাংচুগী মরম হংউশি হাইচুনা য়ুমলক্তা চংলম্মী। কোইহং হংবদা লৈকাইচুগী কনামতনা অঙাংচুবু মচানি মনাওনি হাইবা লৈতরে।

মক্কম খঙত্রবচুদা মেঘগা রাধাগনা অঙাংচু পুচুনা চৎলগে হাইরকই। অদুম্না মখোইনি অমুক লমজাউ তারক্লে, খরা চৎলগা কৈশামপাৎ থোং য়ৌরবা মতমদা মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী—

ঐখোই থানাদা পাও অসি পিরুবনা ফে। নং য়ুম হনখরো। ঐ থানা য়ৌরুখিগে।

অসি হাইরম্নগা মেঘচন্দ্রচু অঙাংচুবু পুচুনা থোং লাল্লগা থানা তাম্না চৎখরে। রাধানা য়ুম তাম্না প্রেং-প্রেং লাক্লম্মী।

থানা য়োরে। দারোগা বাবু অমনা থোরক্লুনা রা হংলম্মী—কম্বিগীনো? কদাইদগীনো?

বাবু, অঙাং অসি কাংঙবম মপাদা মথন্তা লৈরম্মী। লৈকাইদা হংবদস্থ মপা-মমা অমতা চোংথোক্লক্করে।

দারোগা বাবুনা ইমুংদা অমুক চংথরগা চে-কলম পাইদুনা থোরক্লগা অঙাংদুগী মীওই মূর্ত্তি ইরম্মী।

লোইরগা অম্মমা হাইরকই—

তাদগী মিংদি করি কৌই, কদাইদা লৈবগে?

মেঘচন্দ্রনা মমিং মথা তাক্লম্মী। দারোগা বাবুনা চৎলো হাইদুনা অঙাংদু পম্লদুনা ময়ুম পাংনা লাক্লম্মী।

রাধানা মপুরোইবদুবু করম তৌরিগবা হাইদুনা রাথল খন্দুনা লৈরম্মী। মেঘ লাকপদুদা মথরাই মুংঙাইরদুনা করম তৌরে হাইনা হংলম্মী। হংনা হংনা অঙাং অদু লৌদুনা পম্লম্মী অদুগা মনাক্কগী পোৎ থোক্কুমা কবোক থরা অঙাংদুদা পিজরম্মী।

মেঘনা খুম্লম্মী—থানানা নোটিশ তৌদুনা অঙাং অমা থুম্লে হাইনা লাওথোকনি। মপা-মমানা থিরক্লগা পাও পিরগনি।

ইমা

অহুনগী অঙাং অহু লৌহুনা মতমবাক্তা পম্নগা মেঘনা হাইরম্মী– রাধা, ঐখোই অনিগী ইচা লৈতে হাইবা উরহুনা লাইনা পিরক্লবনি। য়েংউ অঙাং অসি মশক কয়া ফজ-থরবনো, মশানা কয়া ফরিবা! মপোপ-মতাংনা চানা পাল্লিবা!

মেঘগী রা অহুদা মখোইনিমক নোকমিন্নরম্মী য়াম্না হরাওনা। অহুবু সুপী ওইবনিনা রাধাদি অঙ্কয়ৌনা থাজবা ঙম্লমদে। মপা-মমা লৈরবদবু কনানা মচাবু অস্তুম্না থাদোকপা ঙমগনি? কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমনা পুহুনা হন্দোক্লমবস্তু মমা ওইরিবী অহুনা শোইদনা ইচা মাংখ্রে হাইনা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা থিরকখিনি- অসি হাইনা রাধানা খল্লম্মী।

অহুনা অস্তুম্না মেঘদা হাইরম্মী

হয়েং অয়ুকতু মপা-মমা লাক্তুনা লৌথোকগ্নবদি ইচা কংলে হরাওবদি লাইরহুনা অঙাং হরাল্লে হাইহুনহুম তোক্কনি।

হে রাধে ইবোশা, নংনা হায়রিসিবো! থানাদা তাক্লম্লেদনা—কৈথেল কুমকপদা খুনথবনি হাইনা। কনানবু করি তৌরগবনো, লাম্রগা লোইরে, লাই লৈদনা!

হোই লাইবুদি লৈ। ঐখোইগী ওইজবা হাইনা কল্লা খুল্লম্মু।

মোমোন মোমোন তৌরহুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংহুদা মমাই ওনশল্লহুনা হংলম্মী—

ইবুংঙো, ইপা বা হাইগে তাউসে।

মাগী রাহু তাবদা অঙাংহুনা তঙক্-তঙক য়েংহুনা কবোক শাইরম্মী। মাগী রাহু তারি অহুগা মথাস্থু তাগে হাইবা মতৌগুম য়েংহুনা লৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা নোকমি-নোকমি তৌরহুনা বা হংলম্মী—অহুগা রাধাস্থু মখোইনিগী মতৌহু মিং কুপ্তবমথে য়েংহুনা তারম্মী।

মেঘচন্দ্রনা হাইরম্মী—

নমিং করি কৌই ইবুংঙো নংদি।

কৌদে, কৌদে— অস্থুম হাইনা অঙাংহুনা খুল্লম্মী—

অঙাংহুগী পাওখুম তাবদা রাধানা হাইরকই—

মমিং থোল্লিমাল্লেদা। নত্রগা মমিং হাইবা ঙমদবা তাই। কল্লাদা স্থংশিথরবা মিংতানো। মমা-মপা থাদোক্লে হাইবগী করিমতা কল্লা লৈতে।

ইমা

অঙাংসিদি য়াম্না ফগদৌরিবনি। মসিবু পোকপা মমা-মপাদি শোইদনা রারগনি। অহুগা রাধা, ফংজবা ঐখোইগীদি লাইবক ফবনি। নন্দ-যশোদা অনিগী লাইবকতু ঐখোইগী ওইরমাল্লে।

মহুদা ওইবা লাই খুরুমশি।

মাগী মমিং অসিদি ঐখোইবু থোল্লু হাইনা লাইনা শিন্নবনি। কৈ, হয়েং ফাওবদা য়েংখিশি। কনামতনা লৌরক্রবদি ঐখোইগী ওইমু হাইনা তন্নেদনা।

অহু ওইরবদি করি মিং থোনগে হাইরিবা?

ঐনা নিংলিববু? হৌজিক হাইদোকলো হাইরবরা?

হুঁ, হাইখিসিদা।

করি তৌই হাইবগে, হায়া হাইদোকপগী করি কাইবা লৈবগে। মহু থোন্দোকলে হাইহুনা করি দণ্ডি অরুম্বা ফংগদবা লৈবগে।

অহুবু রাধা, শল লৈত্রিদৈদা হৌদোং হাৎপা তাগদরা হাইনি।

ভসাইদি কদৌনা হাইরি অহুগা?

করি হাইখ্রবগে ঐনা?

মাগী মিংদি ঐখোইবু থোল্লু হাইনা তম্নমাল্লে হাইখিদ্রদি ?
মোমোন-মোমোন নোঙ্কম্বনা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই—
করি তৌগে, অদুবুদি থোল্লসি।
করি মিং থোল্লগে হাইরিবা ?
নং অদুক হাইয়ু করি থোন-নিংই ?

কদাইদগীনো নুপী ঐখোইনা মিং ফজবা মখক খংপোংলা।

নুপী নখোইগী লৈতেংদি নচানা ওইরিবনি। অদুগা কারগী মিং থোনবা হৈতগনি ?

অদুবু ঐখোইগী লৈবাকসিদদি নুপীবু মচা মুংশিজনবগী মমিংচুদা থোনজহন্দেনে। অদুনা ঐস্মু হৈত-শিংদা চল্লেনে।

মেঘচন্দ্রনা রাধাগী রাদু তারগা মঙোন্দমুক অঙাংচুদমুক শংত্রিক-শংত্রিক শংনা য়েংলগা মোমোন মোমোন নোঙ্কম্মী অদুগা অমুক হাইরকই--

অদুদি রাধা, মাগী মমিংসি থোল্লগেদো ?
হাইরো অমুক্তা তাশিনে।
ইচাগী মমিংদি রণজিৎ কৌগেকো ইপানা।

ইমা

অসি হাইরগা অঙাং অদুবু মচিনবান তান্না পুখৎতুনা চুপ-চুপ চুপ্লম্মী। অদুগা অমুক রাধারোমদা য়েংথোক্লম্মী।

রাধানা মমিং অদু তাবদা হংলম্মী—

করি অর্থ লৈবগে মিংদুগীবু?

মিং য়াম্না ফজথরবা মিংনি, লান্দা ওন্বা হাইরিবনি রণজিৎ হাইবদি।

লাই থুক্লমশি তৌরু-তৌরুবা খুদিংদা ঙম্নকপদা ওইবা ইচানা!

অদুগা রাধা, অসিমগা লাই নিংউ—য়াম্না কন্না নিংগদবনি।

করিনিনা?

অঙাং অসিগী মমা মপা লৈরমদবা, করিগুম্বা লৈরম্লবস্থু লাকপিদবা।

মথোই অনি হয়াওবনা নোকমিন্নরগা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদু লৌহোরে অদুগা রাধা চাক-ইশিং থোংবা চৎখরে।

---

# অনি

নোংঙাল্লগা !

থানানা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা পাও কোইচেল চেল্লে। কনাস্থু অঙাং অত্থুগী মমানি মপানি হাইনা থোরক্তে। মুমিৎ মরি-মঙানি লেনশল্লকলে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনিদি নোংমা নোংমা মুং-ঙাইশিল্লকলে। লাই কম্না নিংলক্ষ্মী—অঙাং অসিদা মখোইনিগী ওইজবা হাইনা।

অঙাংত্থুবু মুংশিদবা নত্তে, মমা-মপাবুস্থু মুংশিদবা নত্তে। মমা-মপা অত্থুনা মচা উজবা ফংলগা হরাওজগদবদো থংদবা নত্তে। মখোইগী হরাওবত্থু উরগা হেন্না মেঘ-রাধানা মুংঙাইনি হাইনা থঞ্জবনি।

মচা লৈতবগীঙাকস্থু অঙাংত্থুবু পামলুবা নত্তে। অঙাংত্থুগী মতৌ উবত্থুদা মখোইনিগী থম্মোই অত্থু পুংলুপ হেকতা লুপথিরস্থুদনি।

মতৌ অস্থুম ঙাইত্থুনা লৈরকলে।

তরুকনি শুবগী মুমিৎ জুরি কুম্নবা কালদা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা চাক তোকপগী রণজিংকা লোইননা মাঙোন্দা

লৈরম্মী। মেঘচন্দ্রনা হিদাক থক্লুনা লৈরম্মী, অদুগা রাধানা উখোকতেনদা ফমদুনা পানা তপ্লম্মী।

অদুম তৌরিবৈ ভাজাদা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা থানাগী মী অমা লাক্লুনা মখোইগী কোম্বোং কানশল্লক্লম্মী। মদু উবদা মেঘচন্দ্রগা রাধাগা রা অমত্তা হাইনদনমখে মরোল তারুবগুম্বা পুকচেল অনিদু অমত্তা ওইনা থোক ওল্লম্মী।

অঙাং পিয়ু হাইরগদৌবরা—

পিদবসু য়ারোই, মবুক্তগী থোকপা নত্তে। অদু থংনা থংনা করি করম্বা মস্ত্রনা শুমহৎতুনা অঙাং থাইনগনি হাইনা রারিবনো ? অঙকপনি; মীওইবগী মায়া!

কোয়েৎ অঙাংবা থুংলরে। মেঘচন্দ্রগী য়ুম অসিরা হাইনা হংলকই।

মখোই অনিমক চপমান্ননা মানি হাইনা খুম্লম্মী।

জুরি তাফমদা লেপতুনা পানাগী মীদুনা অস্তুম্না হাইরম্মী—

নহাল অঙাং অমা থুনবদু ঐখোইনা কোইহং-হংবদা মমা-মপা অমতগী মখোং-মরি লিবা ওমদরে।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা থুগৎলম্বদু থর হুম্বরম্মী। অদুগা থানাগী মীতুনা করি হাইথরকখিগদগে হাইনা না থাংগতুনা তারম্মী।

লাক্লিবা মীতুনা অসুম্না মথা তারম্মী—

দারোগা বাবুনা হাইরকই—অঙাং অদু তাদখোইনা অতুম য়োক্কে হাইবা য়াগনি। য়োক্লোই হাইরগা ঐনা হৌজিক পুথ্রগনি। সরকারনা মাবু য়োক্লবা থৌরাং তৌগনি।

মাগী রাসি তাবদা হুরাওমনথরদুনা রাধানা অসুম হাইনা হাইরম্মী—ইবুংঙো, ঐখোই য়োকচগে, মদুদা হাইবিরবা হাইনা লাই খুরুমদুনা লৈরবা পোৎনি।

ফরে অদুদি ঐ চৎলগে।

অসি হাইরগা চৎলগে তৌরম্মী। মেঘচন্দ্রনা অদুদগী মীদুদা হাইরম্মী—

ইবুংঙো, অমুক্তা লেংশল্লকখো হিদাক ভাস্থক অমত্তা থকপিখো। ঐখোইনা ওমজবা সেবা থাজক্তা তৌজখিগে।

মেঘচন্দ্রনা থল্লম্বদি বকশিস থর পিগে থন্দুনা থামলম্বনি। সরকারগী থবক তৌবদা বকশিস নক্রগা শেল চাবদি লাইরদুনা হিদাক-পানা চাদুনা ফাওবা তৌবা হৌনদে হাইমা

খল্লিবা নিপা ওইরম্মতুনা থানাগী ইয়াম্বা কোয়েৎ অঙাংবত্ থাম্বগা য়ায়মত্রে। থবক অমা চৎকদবা লৈ হিদাক থক্লুনা লৈথোকপগী মতম লৈতরে হাইদুনা মহাক খোংশানখিরম্মী।

মুংঙাইবগী ইপাকতা মেঘচন্দ্রগা" রাধাগা ভাউদুনা লৈহৌই।

মথোইনিনা অঙাং অদুবু খুনবা মুমিত্তগী নিংজরকপা লাইদা খুরুমজরকপা অদু থুংজরবদুদা রাধানা হাইরকই—

ঐথোইনা লাইদা কম্না খুরুমজবগী মপান চাজরেদো। অঙাং অসিগী নহাল থোনখিবা মিং অদু হৌজিক্তি চান্নানা কৌবা য়ারেদনা।

য়ারে, হৌজিক্তি রাধা। থরাই পেম্না কৌরনি।

অসি হাইদুনা মেঘচন্দ্রনা অঙাংদু লৌখৎতুনা মতমবাক্তা থম্নগা মখদাং অপিশক অদু পাইদুনা য়েৎ-ওই ইল্লগা হাই-রকই—

ইপাগী ইবুংঙো, নংবু ইপানা রণজিৎ হাইনা নমিং থোল্লবনি। লাই হাইবসিদি মীগী নিংজবা থুংহন্দবা লৈতে।

অদুদি শোইদবনি, চেৎনবু থাজদুনা নিংলবদি থুংবা ঙাক্তনি।

রাধানা পানা মতপ অম-অনি মেঘচন্দ্রগী লানশল্লগা মহাক্না অমা তপ্তুনা চারম্মী। পানা চাবগী ময়াইনা মাগী নাপ অনি ঙাংলিবদু পুক্লিং তুজুং হল্লাওবনা অমুক হেন্না মঙান অমা তানা ঙাংলম্মী।

ঙসিদি মখোইগী মুমিং হাইদু ওইরে হাইনা মখোই অনিনা থল্লম্মী।

অস্থুক মুংঙাইবদি মখোইনিদুগী কনামতগী পুন্সীদা অমুক্তা ফংখিদরি হাইবা ম্যাই হাইনা থনজরম্মী। মুংঙাই-রিবসিনা তাইবংপানগী অল্লা-অনা মচেৎ অমফাওবৰু পুম্নম্ নমথেকখ্রমাল্লে হাইনা খল্লম্মী।

মচা ফংদবা মীশিংনা মীচাপোক অমবু মচা ওইনা য়োকচরগা অস্থুক য়াম্না মুংঙাইবদি মচা থাঙ্গৈশেংবা লৈবদুদি কৰি অমুক হাইরুনি!

সনা-লুপা মণি-মুক্তানা করি তৌগনি? নিংথৌগী শক্তিকলোই ওইনবা পোক্লকপা মচাতুবু মমাগী মফমদদি নিংথৌদুদগী হেনবা নিংথৌরেলনি হাইনরি!

মেঘচন্দ্রগা রাধাগদু পুংফম-খেন্দা অসিদদি লাইরৈ-বাক্তুগী খিকথরকপা অমৃত থকপগুম্নম্মী।

---

## অষ্টম

মতৌ অসুম্না মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা মপা-মমা মশক খংদবা অঙাং অহুবু মখোইগী পোকচবা মচাগুম য়োক্লুনা লৈরক্লে। মখোইগী মথুত্তগী মপা নত্রগা মমা লাক্লুনা অঙাং অহু মুল্লগনি হাইবগী চিন্তা মচেৎ অমফাওবা নোংমতসু তৌরমদে।

রণজিৎনসু মাবু পোকপা মমা-মপাদি রাধাগা মেঘচন্দ্রগা নত্তনা অতৈ অমা লৈরমগনি হাইবসি খংদে।

লৈকাইগী মীনসু কনামতনা রণজিৎতা মাগী হৌরক-ফমগী রাব্রি শাবিরমদে। মী পুন্নমক মাগী মাগী নিতিগী তৌগদৌবা মখৌ তৌহুনা লেল্লম্মী। মীগী মরা ঙাংনবদি লাইনা অচৌবা অমনি হাইহুনা লৈকাই অহুনা কনামতগী অফবসু ফত্তবসু ঙাংনরমদে। অহুম মখোইগী মরক্তো রণজিৎপু কুম্মৈ-ফীওং থোকপদা মখোই মখোইগী মচা-মশুদৌগুম্না য়াওহল্লম্মী।

নোংম-নোংমগী রণজিৎতু চাওশিল্লকলে। রাধাগা মেঘচন্দ্রগগী মচা ফংজবনা মুংঙাইবহুসু অসুম-অসুম হেনজিল্-লকলে। স্কুল তমহুনা নাকলদা লাইরিক যেপ্তুনা মমান্নবশিংগা

লাইরিক তম্বা কাবহু উরগা রাধাগী মথরাই হয়াওজবা নত্তনা কপ্নবগী রাথল অমত্তা ঈশ্বরনা ঙসিফাওবা পিরম্রি।

যশোদাগা নন্দরাজগনা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকপদি শনশেনবা চংহন্নম্মী। যশোদানা অহুমকপু থারোইদৌবগী য়াম্বিবমথৈ তৌরম্মী। কৃষ্ণতনা জগৎকী মপু ওইবনা রাহৈ থুম্নবা ঙাক্তা ঙাংহুনা মমা যশোদাদগী শনশেনবা চংপগী য়াথং লৌরম্মী।

রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা রণজিৎপু করিমত্তা তৌথল্লমদে। মথোইগী পুন্সিগী আশা পুম্বা রণজিৎতা থমহুনা মাবু মী ওইনবত্তা হোৎনরম্মী। রাহৈ থুম্নবা ঙাংবাদ লাইরহুনা মবুক্তা ফাওবা খনবা হৈজদবা রণজিৎপু রাধানা মনাক্তগী করিগুম্বা মত্তমদা লাইরিক তম্বা কাবা নত্তনা কদাইদম্লু অমত্তা থাদোক্লমদে। অম্সুক য়াম্না লুনা তৌজরম্মী অথুনবা মচাহুবু! অঙাং অহু চহি তরাহুমদোই চংলকলে মেট্রিক পাশ তৌরে। অহুদগী মথাদি মীরৈবাকত্তা তম্বা তাবনা কলিকাতাদা চংলম্মী।

শেলগীদমক করিমত্তা রারমদে। সরকারগী বৃত্তি ফংবনা শেলগী অরাবা থংদবমথৈ লাইরিক তমবা ঙম্নম্মী।

## ইমা

রাধানা অহুদা মমা ওইবগী মেংলবা থম্মোইনা রণজিৎপু লম অথাপ্নদা থাদোকপত্নু য়াম্না রানা খল্লম্মী। মপুরোইবগা অহুগীদমক য়েংনরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা মচাবু লাইরিক হৈহন্দুনা জ্ঞানীশিংগী মরক্তা ত্নিনবা ফংলবদি হাইনা খঞ্জরম্মী। অহুগা রাধানা খল্লম্বনা অসিনি—লাইরিক্তা কদৌগবনো!

নোংমা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা রণজিৎকী লাইরিক তম্বা চৎপসিগী মরমদা খন্নরিঙৈদা হাওম্নুবী অমনা করিগী লাওনরিবনো হাইনা হংলম্মী।

হাওম্নুবীসি নিত্তিগী হাইবদি ইতৎ-ত্নৎতনা মখোইগীদা রাইকুপ লৈবা নত্রগা খেঞ্জাং-নাপিনচিংবা হেকপা লাকই। মানা হংবহুদা রাধানা বারী লোইনা লিরম্মী।

লাইপু-তিনপু ওইনা তৌবী হাওতোম্বী অহুনা মুংশাস্বর মপী অমা হোল্লহুনা হাইরকই—

নখোই অনিগী নচা অহু মশক অমুক্তা য়েংগেবা!

রাধানা মচাহু মুনখিগদৌবা মতাগুম হাইরকই—

করিগীনো হাওতোম্বী নংনা ঐখোইগী ইচাবু মশক য়েংগে হাইবদি?

হাওতোম্বীনা মপী শিম্থরম্বনা খুম্লকই—

ইবেম্মা, ঐগীস্তু ইচানিপা অমা লৈজরম্মী। মাবু ঐনা য়াম্না নুনা তৌজে। মতম লৈবা খিবিক্তা মাবু য়েংহ্নবতা লৈবনি, অদুবু ঐগী পেনবদা মবাৎলি। অদুক য়াম্না নুনা তৌজবা ইচাদো তমখিরবা মতম কৌবা লাইনা মুন্দুনা থংপিখ্রে মাগীদমক ভাওবনা হৌজিক কোইচং চত্তুনা লৈরিবনি। অমুক্ত য়েংজগেবা। নচাহ্ন উরগা লৈখিত্রবা ইচাদু অমুক ফংজবগুম মুংভাইবা ওম্বরা য়েংগে।

করি তৌগে, য়েংউ।

অসি হাইদুনা রাধানা রণজিৎপু ইমুংদগী কৌথোক্তুনা হাওতোম্বীগী মনাক্তা লৈহল্লম্মী।

হাওতোম্বীনা মুম্না য়েংলগা হাইরকই—

ইবুংঙো, নখুবাক অদু তিংখোরকউ, ইমা য়েংগে।

অদুদা রণজিৎনা হংলম্মী—

ইমা নং খুবাক ময়ি য়েংবা হৈবরা?

থরা থরা হৈ ইবুংঙো।

রণজিৎনা অদুদগী খুবাক য়েংহল্লম্মী। হাওতোম্বীনা মথুং অদু য়েংলগা রাধারোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই—

ইমা

নংগী নচাসি লাইরিক য়াম্না হৈগনি। নখোইনা লক্সা কাহনা থম্বা য়ারোই। কৈনো অমা তৌহ্নুনা মহাক লাইরিক তম্বা চংখিনি। অদুগী শরুকপুদি নখোইনা নশানা ঋাহনা থাদোকখিবনা হেন্না কৈ।

মাগী য়াসি তাবদা রণজিৎ অহু মোমোন নোক্নুনা মথরাই মুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী।

অদুগা য়াধাদি থগংলহনা হংলম্মী—
ইচে নংনা হাইরিবসিবু শোইদ্রবরা ?
শোইদ্রপোংনিনে ইবেম্মা, ঐনা হাইবসি থাজো।
অহুদি ইচে শোইদনা থাৱগনি।

অহুম হাইনহুনা রণজিৎ কলিকাতাদা লাইরিক তম্না চংপা ফংলম্মী। য়াধানা য়ারম্ন য়ানা খাংজরম্মী। মতমহুদা মেঘচন্দ্রহু হাওতোম্বীনা মাবু য়াধাগী মথুংগী কনবিরে হাইনা মুংঙাইজরম্মী। মখোই ময়ামহুগী মরক্তা হাওতোম্বীম্ন নোক্ল-নোক্লহুনা মখোইনা মথরাই মুংঙাইবহুদা মুংঙাইমিম্নরহুনা ময়ুম হনখিরম্মী।

---

## মরি

রণজিৎনা লাইরিক তমগনি হাইরগা হাওতোম্বীনা সুংঙাইবদি মবুক ফবী অমা ওইনা মীগী য়াইফবা ওইরগদা সুংঙাইবগীদমক ঙাক্ নণ্ডে।

হাওতোম্বী হাইবীসি রণজিৎপু মবুক্তা থা তরা নাওপুবী মমানি। হাওবম নিতাই হাইবত্তগী মপোক-মপোক খুদিংদা পোকামিয়সি হাওপাম্নসি হাইত্তনা রাশকবী—শক্না লম-য়োৌবী —কুচুনা লমহেম্না ফজরবী হাওতোম্বীনি।

মমিংনা থম্বালনি।

মখোইগী লৈকাইদা কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা অমা বিচারপতি ওইহুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণচন্দ্র হাইবা নিপাসি শেলচা-থুমজাদা মমিং ওথাক চৎচরম্বা নিপানি। মঙোন্দদি আইন হাইবসি মথিবোং পান্দে। মানা ওইচননিংবদা ওইবা আইন জাঙাহু মাগী ওইনা তৌরম্মী। করিগুম্বা বিচার অমা তৌবা তারক্লব্দা ক্লাসী বিবাদী অনিদগী শেল লৌশিন্নগা অয়ানবা মীগী শেল হন্দোকপম্ম ময়াওই, অতুগা হন্দোক্লবস্ম অতুম তৌকপা য়ারু-হুনা শেনশি চাববু মরোৌশিংগী চাজরনি হাইনা খনগনবা মীনি।

ঐগী মীগী ইচা-মীচা হাইবা রাহৈদো মহাক্থক্তগী লৈবাক্লা শংনবা ওইনা থোকখিরম্মী।

অসুগুম্বা য়াব-মথৈ ফংখিত্রবা কৃষ্ণচন্দ্র অসিগী মনাওনিপা গৌরহরি কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্লা ওক্তবদি করি হাইরুনি! জুয়ার মশিং খিনরে মহাক্লা মকোক হেক্তা ওইরম্মী। ময়াম্বনা জুয়ার শান্নবহুদা তোকলো হাইবদা যুধিষ্ঠির মহারাজগী মতৌ তাল্লবনি হাইনা খন্দোকপা গুল্লম্মী।

মুপী-নহাদা হাইরে নিপা-নগা লৈরিবনি লৈতবনি বিচার অমতা লৈজরমদে গৌরহরি অদু। মথরাইদনবু পাল্লবদি হিমালয় চিংশাং খুদোন্বীনা ফুক্ল হায়রবম্ভ ফুক্তে হাইবা গৌরহরিনি।

মহাকনা রাহু ওইরহুনা পূর্ণিমাগী থাজ মান্বী থম্বালবু উম্মগে হাইনা গৌরহরি মপুক্লিং চপ য়ুংলম্মী।

ইনাকথুন্বা মচাগী মচা-মনাই রাংলমদে। নোংমা অহিং অমা মহাক্তী মশা-নউ থাক্তুনা থম্বা মরূপ মপাং কয়ামুক খুংলাই পাইদুনা গৌরহরিগী য়াথং পাংথোকপা লাক্লম্মী নিতাইগী ময়ুমদা।

অহিং তাংলো থেংজল্লক্লে। থাশিগী শুক্ল মল্লবা মতমনি।

মীচিক মীয়াওখোল অমতা তাখিরমদরে।

মতম তাঙ্গা অসিদা নিতাইগী ইমুং চংহুনা থম্বালগী মপুরোইবা ওইবগী দগি নিতাইদা পিবা হৌরম্মী।

চৈহুপ চাওর-চাওরবা অহুনা ঙাক্রা-ঙমু হাংপগুম নিতাইগী য়াইবী-থবাই লৌথোকলে।

থম্বালবুনা—মচিন মেনশল্লহুনা কৃষ্ণচন্দ্রগী মমুম তান্না পুরকলে।

মনাও ফম্ত্রে খংনমক কৈথেলদা লৈবা ফংবা নত্রেকো হাইহুনা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা অহিং অহুদা তন্না চত্তুনা লৈকাই মচিন মেল্লম্মী। অরান-অহুই মশক খংদবা অঙম্বা অচৌবনা তৌরিববু হাইনবা মীতা ঙাক্তনা খুল্লিংবা লৈকাই ওইনা তৌরম্মী।

মঙাকহুনা শিরে হাইহুনা নিতাইগী মশাহু পোৎলোইরগ্ন্য। থৌজাল হৈবা শাহুনা লাইরবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মবু ইনাকখুনবা অঙম্বা কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা শোন্দোকপিরম্মী।

শোরাং নিংথিনা শোনবনা লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক মচিন চপ্‌ মান্নবা শোরাং ফজনা শোনথি হাইনা থাগংখি।

পাজল লৈজব্রবী বাখল থেল্লবী থম্বাল মুজানা পি-ইন্না

ইমা

শিস্থবা নত্তনা অতৈ অমা ভৌরমদে। মচা অপিশক অচুবু পম্লগা শিঙমদনা শিগ্রবা মপুরোইবগীদমক্তি পি-না তর্পণ শোল্লখী।

মীরেক-সন্ত্রী থাংহুনা থম্বাল মানবী থম্বালহু কৈশুমশংগী বন্দিনী অমগুম মতম য়ানা লেল্লখী।

কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরস্তু মনাওনিপা গৌরহরিস্থু অনিমক চংহুনা মখোইগী নিংবা থুংনবা মখোইনা চাইবা ইল্লো হাইনা থম্বালদা হাইরখী।

মথাদা কোল্লিবা অঙাং-নাবাহু য়েংলগা মপোকসিমদি লাইরহুনা মপোক মপোক খুদিংদা মপুরোইবা নিঙাইগী নত্তনা কনামতগী মুপী ওইগে নিংলমদে।

থম্বালনা ময়ারক্রুবহুদা কাইনখংদা গৌরহরিহু অস্তুমা খল্লখী। মচা অসি লৈত্রবদি থম্বালগী মপুক শুল্লবা য়াই। অস্তুমা লৈপ্লহুনা অঙাং অহু মুল্লগা লমজাউদা হুন্দোক্লখিনি। অতুদগী মেঘচন্দ্রগা য়াধাগনা অঙাং অহু খুন্দুনা য়ণজিৎ হাইমা য়োকখিবনি।

খয়াইগী মণি—খয়াইগী খয়াই ওইজরিবা মচাহু কাইনবগী মৈচাকনা খাংবা ঙম্মক্রুহুনা থম্বালনা অহিং অমা

গৌরহরিনা তুমলিঙৈদা খাংনা থিন্দুনা হাৎলম্লগা লোম্না ফীজেৎ হোঙলদুনা চৎখিরম্মী।

নিতাইগী দশা তাবগুম গৌরহরিগীস্থ তারম্মী। মনাও শিরে হাইবগী রায়েনশংদা মশামক্না বিচারপতি ওইন ওইনমক কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরনা খাকৎচবা ঙমখিদে।

অঙাং খুল্লে হাইনা পাওজেনবা অহু লৈবাক পুম্নমক খংনবনিনা থম্বালনা কোইনা থিরকপদা মচাবু য়োকপীবা মফম খংজরম্মী। মরম অসিনা তোইনা তোইনা মচা উনিংবগী ময়াইনা মেঘচন্দ্রখোইগী ময়ুমদা রাইকুপ খিজমদুনা থম্বালনা হাওতোম্বী শাদুনা চৎলম্মী।

মচা চাওবফাওবদি হিংখিগে হাইনা লেপ্পম্মী। মচানা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা শক তাকুনা রারি লোইনা লিরগা শিবা ফংজরদিকো হাইনা অহিং-মুংথিল অনিমক্তা লাইগী খুয়াদা ভক্তি কতুনা মতম হেল্লম্মী।

---

## মঙা

চহি থরা লৈরগা রণজিৎ অচু লাইরিক ভন্বা লোইহনা মমুম হল্লক্লম্মী। মানা পরীক্ষা ঙমকপদি চুমগী মরক-ময়াদা ওইরমদে। খ্বাইগী মকোক ওইরম্মী।

মানা হল্লকপা মতমদা মহাক চহি ২২ দমক ঙাইরম্মী। মহৈতা নঙনা মথোল কারকপা অচুনা কামদেবগী ভুংজকম ওইরম্মী। অউবা মী খুদিংনা মহাকপু মচা-মমাক ওইনিংদবা য়াওরমদে।

চেকশিন্না লুনা থমজরবী লৈরাং-মুজা কয়ানা খোইহি চুপ্পা অমুক্তা লেংবিরক্লবদিকো হাইহনা মপুক-মশুংদা থকু থকু নিক্লা ঙাইরম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগা অনীগী থম্মোই-অতিয়াদদি পূর্ণিমাগী থাজঙুম রণজিৎসিংহনা ঙাল্লরে।

মপা-মমা ওইবগী মচাগী মফমদা তোল্লিবা লমন লোইনবা হাইনা রাধাগা মপুরোইবগনা চিক্ল-চিক্ল রা তানরম্মী। মুংশিরবা মচাগী মতিকচাবী মমৌ কদাইদবু ফংগদগে হাইনা খোইরেল মশা পাইবমখৈ কোইথি-থিবা হৌরম্মী।

মথোইনা অসুম থল্লকপদা অচৌ-অশাং ইমুংগী মচামচা লৌনিংলম্মী। অদুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্র অজগী মচানুপীহ হাইনিংলম্মী।

মেঘচন্দ্রহ হাইরিবা নুপীমচাশিবু পাম্বদি পাল্লগা মহাক্না কমনাই-কমনাইদবা মী অমনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা য়াবিরকদরা হাইনা মপুক্লিংদা চিংনরম্মী।

নুপীমচা মণি হাইবীসি অঙম-অথৌবা অমগী মচা ওইবদা নত্তনা মশাগী মতিক-মগুণসু লৈজবী অমনি। লাইরিক লাইশু-সু ফনা নিংথিনা হৈরম্মী।

মেঘচন্দ্রনা চিংনজবতুসু লান্দে। মথোই মী-মচানা অচৌবা ইমুংদগী নুপী অমা পাক হাইবসি হঙোইবা য়াবা থথক অমনি।

অদুবু মচাগীদমক চাওথোকচবদি মপাবুদি মমা ওইবী-শিংনা থরা হেল্লি। অদুনা রাধানা কৃষ্ণচন্দ্রগী মচানুপীসি হাইরুগে হাইনা চপ-মুংনা লেপ্লম্মী।

মতমহুদা কৃষ্ণচন্দ্রদি অহল ওইরক্লুনা থবক তোল্লগে তৌরম্লে। রণজিৎনা মাগী মফম অদু ওইনবা দরখাস্ত

থারম্মী। মরম অসিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা রণজিৎকী মতৌক-মগুণ লোইনা তারম্মী।

রাধানা চত্নুনা হাইরুবা মতমদা কৃষ্ণচন্দ্র অহ্নু হয়াও-হয়াওনা মচান্নুপী মণিবু রণজিৎতা কৎকে হাইনা য়ারকই। কৃষ্ণচন্দ্রস্নু মমাক মতিকচাবা অমদা মচা থাজবা ফংবগীদমক হয়াওবহু ঙমথৈ লৈরমদে।

অস্নুম্না লুহোংবগী বা লেপ্নবা মুমিৎমক্তদা রণজিৎপু জজ হাপ্নগী পরোবানা থুংলরে।

মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবনি!

মতমসিদা অরাবগী রাখল মচেৎ অমফাওবা পোকপা ঙম্বা নত্তে। লাইরবনা অস্নুম চৎথোক-চৎশিন তৌহ্নুনা চাজরম্বা মেঘচন্দ্র-রাণা অনীগী লাইবক অহিং অমতদা রণজিৎকা তিন্নরুবদগী পুমওন ওনখরে।

অমরোমদনা চাওরবাইমুংগী ফজরবী মুপী অমবু মমৌ ওইনা ফংবা অহ্নুগা অমরোমদনা মচানা চাওরবা ফম অমা ফংবা—মথোই অনীগী মরাইবক্তা চংনা থা লাম্বা ফংবগুম থোকখ্রে। শামু-ময়ানা থিন্দোক্লবদা কনানা থিংবা ঙমগনি?

মুংঙাইবা পাউ অনীসি ফংদ্রুনা রাধা মত্তে-মনাও

য়াম্না মুংঙাইনা লৈরিবৈদা ডাক-পিয়ন লাক্লুনা চিঠি অমা থুংলরে।

মীওইবগী পুন্সি তমফম্ থংদে!

থাবম্না ফজনা ঙাল্লবা অতিয়াবু ইখঙ-খঙহৌদনা নোংনা হেক কুপশিনখিবগুম্ রাধা মতৈ-মনাওগী মচিনবান্দা মোমোন মোমোন নোকচরম্বহু অঙোবা ফীজংদা তুরি অমা হাইরগা মচু অমুবা তৈশিনবগুম মাংখিহনা চিন্‌বান অনীহু পুম্মু মুশল্লম্মী।

রণজিৎনা মখোইগীদা লৈরকপসি চহি কুনলোম শুরনি। অমুক কুইরবসি নোংমগী মুমিৎ অমতা খল্লম্বা লৈতে—চিঠি অহুদা হাইরিবা রারম অহুগুম্বা অমা লাকনি হাইবা।

অমবু ওইরবস্মু অমবু ওইরবস্মু ঈশ্বরনা মখোইগীনি হাইনা তম্লকপা শক্লক অহুদি লৌশন্দবা য়াদবনা করি খোক্লগবা হাইনা অহুম খন্দোকপা মতারম্মী।

মুপী ওইবগী পুকচেলনিনা রাধাদি করম্বা মতমদা রণজিৎকা মাগা মমা মচা কাইনগদগে হাইনা অকীবা রাখল অমনা মাগী থম্মোই লকা মুংদা লোত্তুনা লৈবহু উরম্মী।

হৌজিকী চিঠিহু কনানা ইরকপনো হাইবা থংনবা মমিং মথা অমতা য়াওরমদে। মরোলদি —

ইমা

রাধা,

ভগবান-না থারকপা চারবু নংনা য়োক্লু না চাওহনবগী মহৈদি নংনা চাগনি। অত্থুগা রণজিৎপু নখোইগী গোত্রদা পানবদি য়ারোই। নখোয়গী গোত্র পাম্মুনা লুহোংবদা শোন্‌বা-লাকপা তৌহনগম্মু, মদু তৌরবদি পাপ চাওরবা অমা লাকনি। থংত্রিরৈঙেদি থংত্রিরৈঙেনি। অঙাং অদু হাওবম মচানি, মপানা নিতাই কৌই। ঐনা হাইরিবসি শোইদনা তৌ। নত্রবদি নচা মশক উবা ফংদবস্নু য়াই। ইতি—

চিঠি অসি রণজিৎ উথ্রবদি মথরাই য়াম্না মংঙাইতবা তারে হাইদুনা লোৎশন্নুনা থমগে নিংলম্মী। মেঘচন্দ্রগা রাধাগা মখোইনি ভাইহাক রামিন্নরগা কান্নদে অম্মুম তৌদুনা হাইরম্মী। অদুদগী মখোই থবক ইনথাং তৌরুসি হাইনা চৎকে তৌবদা রণজিৎম্মু থুংলরে।

রণজিৎনা মাগী ফম নাইবা ফংবগী পাও মপাগা মমাগদা তমগে হাইদুনা মমারোমদা ওনশল্লম্মী। পাওদি মানা তমত্রবস্নু মী অম অমদগী ঙসাইনা ভানরল্লবনি।

মপাগা মমাগম্মু মচাদা লুহোংবগী বা লোইনরকলে হাইনা তমগে নিংলম্মী।

অহুবু রণজিৎ-ভু মমাগী মথবাক্তা লোৎপা চিঠিহুগী মচিন খর লিৎথোক্লম্বহু উবা ফংলহুনা হৎলম্মী।

ইমা করিগী চেনো অহুদি ?

ইবুংঙো, করিস্থু নত্তে, ইমানা ঙসাই পাঞ্জি য়েংলুবগী চেজেৎনি।

পাঞ্জিনা করি হাইরকই ইমা ?

পাঞ্জিনা হাইরকপবু—মণি অসি লৌরবদি নং য়াম্না মুংঙাইনি। নখোইনি পুকচেল খোইজেল তিন্নহুনা লৈমিন্নগনি। নখোইনি য়াম্না পরুখরে হাইরকই।

অহু ইরকপগীরা চে অহু ইমা ?

লুহোংবগী পুংফমগাস্থু ইরকই।

অমুক্তা য়েংগে অহুদি।

করি কান্নবা, চাকতুম চানবা তৌরখো। সিদি হয়েং নংগী পাজিনা মতম শিন্নবদা মুংঙাইনবা অহুক তৌরকপনি। হোরেন চাক চাবা লোইরগা ইরেঞ্জনা পোথা-পোথানা পাবস্থু য়াবা পোৎনি।

অসি হাইরগা রাধানা মেঘচন্দ্ররোমদা য়েংলম্মী। মানা

ইমা

য়েংলিবা মিৎয়েং মতাহ্ন য়েংলগা মেঘচন্দ্রনা অর্থ খংলম্মী। অহ্নগা হাইরকই—

চাক চানবহ্নম তৌরুবো ইবুংঙো। নং কোইচৎ চৎলুবগী ফনহ্নম থাররিনী।

রণজিৎ অহ্ন মপাদা হুন্দৎনা ঙাংবা কীরম্মী। অহ্ননা করিমত্তা হাইরমদরে। অহ্নম ইমুংদা চংথরগা মফী-ময়োল হোংদোকপা লাক্করম্মী।

মেঘচন্দ্রগা রাধাগনা হিংহৌরে হাইনা মুংশা-স্বর মপী অমা শাংনা হোল্লহ্ননা লৈহৌই।

অহ্নদগী মখোইস্ন চাক-ইশিং চানবা মহৈ-মহৈ থৌরাং তৌনরম্মী।

---

## তক্লক

লুহোংগন্দবা নোংমত্তা ঙাইরে।

হাওভোম্বীহ্ন রণজিৎকৌদমক ফৈজোম অমা অহ্নগা লাকদৌরিবা মৌ অহ্নগীনা ফনেক অমা পুরক্লুনা লাক্লম্মী।

মচুগী সুমিত্তি মী য়ায়া তিল্লম্মী। মহৈ-মহৈ লুহোং-বগী থবক নোমচুনা য়ায়া লাং-থোংলম্মী।

মরমচুনা হাওতোম্বীচু সঙ্গোই মচিদা মাগী শম অচু থম্মগা রাধা থোরকপা ঙাইচুনা লৈরম্মী।

রাধাচু অরাংফমদা অমুক চং অচুগা অমদমুক চং—অসুম তৌচুনা লৈবদগী য়েংথোকখিবদা হাওতোম্বীনা ফম্মম্বচু উরম্মী। মাবু উবদা ইচে হাওতোম্বী লাকলিবরা হাইনা হংলম্মী।

হাওতোম্বীস্ন হোই ঐ লাকলি হাইরম্মী। অচুদগী মথা তাথরম্মী—

ইবেম্মা, ইচে রা অমতা হাইনিংই। শংবা মতমদা ঙাইহাক্তা থোরকউ।

হোই-হোই ইচে ঐ থোরক্কে। ঙাইহাক্তদি ফমথো।

মাঙ্গোম্দা লৈরিবা মীশিং অচুনা করিস্ন থোশারমদে। মথোইগী থবক অচুম তৌচুনা লৈরম্মী। মী অচৌ-অশাং অমা ওইরম্লবদি মথোইস্ন ঙাইহাক হাওতোম্বীবু য়েংচুনমক থবক লেপ্পমগদবনি।

রাধানা থবক ঙাইহাক শংলকপা তাঙ্গা থোক্তুনা

ইমা

পানা মতপ অম-অনীথক পুরছুনা চাওতোম্বীদা পিজরম্মী অত্তুগা হাইরম্মী—

ইচে ওসিদি হয়েং লুহোংবগীনি হাইছুনা ঐ চিনবা হাইছবু হাইছুনা কাম্নদে। নং নমুমদা হনবা খিনগ্রগনি হাইছুনা ঐনা খোরকপনি। করিস্মু লৈতেদনা?

করিস্মু খোইদোকপা লৈতে। অছু—

অসি হাইরগা মখুৎ য়েৎথংবছুনা শম মম্ভুংদা খিংজিন্নগা ইকাই-হঙোই য়ানবা মিৎতানা মানা তৌরিসিবু কয়ম্নো হাইবা চিংনবা মওংদা য়েংছুনা লৈরম্মী। মখুৎ অছুনা ফী অনীথক্তু পুথোরকপা পাক ওম্নমদে।

মাগী মতৌ অত্তু উবদা ওক্লছুনা রাধানা হংলম্মী—

করিনো ইচে নংনা শমদা থুং খিংজিন্নগা য়েংছুনা লৈরিবসিবো? করি তৌরবগে? ঐদি থবক য়াম্না লৈরিবা পোৎনি। করিনো নংনা হাইদোবা থ্রেং-থ্রেং হাইরোসে।

মরৈ-লোমদবী হাওতোম্বীনা হাইদোকপা ওমদছুনা মরৈ লোম্বদোনা বাহু তপ্না তপ্না ওাংলম্মী—ঐ-ঐনা নচাগা, আ—আ, নচাগা নমৌগগীদমক ফী—ফত্তি ফত্তে—অত্তুবু মুংশিবগী ঐনা ওম্বা—অমমমদা পুরকপনিনে ইচেনা ইবেম্মা।

রাধানা নোঙ্গগা হাইরকই—

অহগী ওইরেসে নংনা অহুক য়াম্না হঙ্গোইনা তৌরিবা। কনা কৌরিবনো কনাবু ইকাইরিবনো? কদাই য়েংগে পুহুম-পুথোরকলো।

হাওতোম্বীনা অহুদগী পুথোক্লকুনা হাইরম্মী—

সে অসি লৌ, কৈজোম অসিনা নচাদা পিয়ু অহগা অসিমনা নমৌদা পিয়ু। মীগী মমাংদগা পিরুম্মুকো। কীনদি অকবা নত্তবনিনা ইকাইহুনা লৌ হাইবা য়ারোই। তুমিন্না মী-পোং অমতা উদ্রবা কালদা পিয়ুকো।

হেরা কৈদৌশিল্লে হাইদুনা। কহুম কমল্লে। অম্মুক য়াম্না করিবসিবু মরাইনা হরাওজগনি। ঐদি অত্তৈদি লাইরিনে। করি তৌনবা ইচে নংনা অম্মুক মমল চংনা লৈরুরিবা।

মমল কৈস্মু চংবা নত্তে। ঐদি ইকাইবনা, কীন থরা করবদি কৈ। অহুম্মু নত্তা, ওম্মোক্না ইকাইরে। মীমাংদগা পুথোকম্মু। লোম্না নাকলদা হেক য়েপশিল্লগা পুশিনথো। ঐগীম্মু ইচান্থ লৈরম্নবদি নথোইগী গুম্না ইমৌ কংহুনা মুমিংকা থাগা ঙানবগুম ঙানগদবনি। অহুবু লাইবক থিবনা।

ইমা

অসি হাইরগা মমিস্তগী মপী মতুম-মতুম শিঙ্করম্মী। মাগী বাহু তারগা রাধাসু অস্থম্মা খুল্লম্মী—

ইচে হাওতোম্বী! কনানা খংবনো! ঐসু নংগী লাইবক্তু ফংবরা? লাইহুম নংসু য়াওনা খুরমসি, মহু থোক্তবা ওইসমু! ফীসি নচাগা নমৌগদা পিগনি— ঐনা ইখুৎমক্লা।

ইবেম্মা, ইচেদি লুহোংবা য়াওবা য়াদেদো। য়াওনিংই হাইহুনসু য়াওবা ফংলরোই। অহুনা ঐগী বরদি ওসি পিরম্লবনিকো ।

নচা উনখোদনা ইচে। ঙাইখো ঙাইহাক ফমখো। ঐ রণজিৎ কৌথিগে।

অসি হাইহুনা রাধানা মচানুপা রণজিৎপু কৌথোক্লম্মী। মমানা কৌবা তাবহুদা রণজিৎসু অহুম তন্না থোক্লকই। রাধানা অস্থম হাইরম্মী—

ইবুংঙো, নমা হাওতোম্বীনা নংগীগা মমৌগগীনি হাইহুনা ফী পুরকই। মাদি হয়েং য়াওররোইদবনিনা ওসি বর পিরমলগে হাইরি। নখোই নমা-নচা বারি শাহোখো। ঐ অমুক্তা চংলুখিগে।

অসি হাইরম্লগা রাধা অহু চংথরে।

রণজিৎনা হাওতোম্বীগী পুকচেল মতাহু উবদা হাই-রকই—নংবু জাং তিম্নদবনা ঐগা তিম্ননা লৈবদি য়াদে। অহুবু ঐনা অঙাং ওইরিবৈঙদগী নংনা নিতিগী লাক্লুনা ঐগীনি হাইহুনা উহৈ অমতং পুরকপা তোকখিদে। নচা শিখ্রবা নিংশিংহুনা কয়া লুনা ঐবু তৌরকপা, অহু পুম্বা ঐ কাওদেকো। মহুগী লমনদি করম্মা শিংগনি? ঙসিস্থ স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম বর পিগে লাকলি। লমন শিংবদি অস্থম্মা শিংজগেকো—ইমা হাইনা অমুক্তা কৌজগেকো।

অসি হাইরগা ইমা-ইমা হাইনা রণজিৎনা তোম্বীবু কৌরম্মী।

ইমাগী ইবুংঙো! —অসি হাইনা হাওতোম্বীনা পী শিস্থ-শিস্থনা লৈরম্মী।

মতৌ অস্থম তৌহুনা মপী-গা মপী-গা থম্মোই-মুংগী তিম-লৈকোন্দা ওন-থোইমীম্নরগা হাওতোম্বীহু মম্থম হল্লগে হাইনা হনথরে।

রণজিৎস্থ হাওতোম্বীনা চৎখিবা মাইকৈদা ওল্লহুনা য়েং-য়েংহুনা লৈহৌই।

---

# তন্নেৎ

লুহোংবা মুমিৎনি।

লৈকাইগী মঙ্গল-মপাং পুন্নমক কীজেৎ-লৈজেং লৈজ-লৈজবা শেৎ-চারগনা বর যাত্রা হৌরে। মতমচানা ময়াম নুপী মযুমদা খুংলরে।

মাগুপ ময়োন্দা লুহোংকান্দা ফমহনা বরগা কন্যাগা অনীনা লৈবহু অউ-উদা অখং-খংদা পুন্নমকী মিংকী লৈজেং ওইনা ডান্-থোইরম্মী। ইনাকখুন্বগী ইমুংদা থোকপা থৌ-দোকী হৌনবা পানা-হৈনানা মরাং কাইনা য়েন্নরকলে। ময়ামা হন্নাওবনা মুডাইবনা বর-কন্যাগী ইমুং অনীগী মীনা মুংডাইবগা চপ্-মান্নবগুম উরম্মী।

পুরীত ঠাকুরনা বর মনাক্তা ফমহনা শোনবা হৌগৎ-লকলে। লাইশ্রম রণজিৎ হাইবগী মহুত্তা হাওবম রণজিৎ হাইনা পুরীতনা শোলম্মী। মহু তাবদা রণজিৎতি করি মত্তৌনো হাইনা হমাং কাংলম্মী।

মহাকতি লাইশ্রম মচানি হাইনা মতম অমুক কুই-রকপসি খংনরকলিবনি। অহুগা ওসিদি মাগী য়ুমাক হোংবহুদা ওকফম থোকই। কনামতনা অসিগী মমাংদা

মাবু হাওবম মচানি লাইশ্রমনা য়োকপনি হাইবসি হাইবিরক্লি।

ঙকপদা নত্তে, মপুক্লিংস্থ নোংমৈশিংজংনা পানবগা মায়না হুংঙাইতে। হুংশিশ্রবী মমা রাধা, হুংশিশ্রবা মপা মেঘচন্দ্র অসিদনা মাগী পুন্সিগী লাইনিংফম ওইজরক্লিবনি। মখোইগা মহাক্কা থৌরি কোন্সোই শরবগুম শররবা অহু মহাক্কা ইলাই-লাইনা থংলম্মী। অদুনা বাদবা হুংঙাইতবা ঙম্মদে।

নোংথাং কুপ্পগুম্বা হুঙাইতবদুনা খুনমক লাকশল্লকপনা থাংবা ঙম্লক্কদুনা পুরীত-তা হুংলকই—

ঐগ্যা, কদাইদগীনো ঐগী য়ুম্নাক হাওবম হাইবা অমা লাক্লিবদুনা?

ইবুংঙো, মহুগী বা হোরেন লোইরগা খম্মসি। হৌজিক পুজা অসি থুগাইবা চুমদ্রে। মরম লৈরমগনি। ঐদি অহুক য়াম্না থংবা নত্তে। অহলশিংনা তাকপা মভুং ইম্না ভৌবতনি। হোরেন কোম্না মরমহু থিবিয়ু।

মহাক্লা অঙাংমক নত্রবনিনা মথরাই হুঙাইজবস্থ পুক্লিং কাজিন্দুনা লৈরম্মী রণজিৎ অহু।

পুরীভকা মখোইনি মুরুম-মুরুম শোম্নবহু মম্নোলমক্তি ভাম্রগা করিনো রা অমা ঙাংনখি হাইবদি মম্নাম পুম্নমক খংনরম্মী। অহুনা ভাবোক মম্নাম অহুনা অমগা অমগা মহৈ-মহৈ অমুক করিনো ঙাংনখিবহুবু হাইহুনা মুরুম-মুরুম অমুক খোঙ্বাং য়েবশুম্না শংবা হোৌরকলে।

অহুদগী লুহোংবহু তেক্ত-কাইদনা মতোল লোমখিরম্মী।

মুপী থিল্লকপগী অমুক মেঘচন্দ্রগী মযুমদা মম্নাম তিন্দুনা কবোক হৈবোক চাবা হৌনরে। দক্ষিণা লাক্লবা মভুংদগী ভাবোক মম্নাম হৌগৎনরম্মী।

অসুম্না অমা চৎখি অনী চৎখি মীম্নাম অমতা লৈতরে, মেঘচন্দ্রগী ইমুংগী মী ঙাক্তা ঙাইহৌরে।

ঙাইহাক লৈরগা মক্লপ অমা-অনীগা লোইননা রণজিৎ মযুম হুঙ্গিল্লম্মী। চাক-চা হৈজাবা মতম ওইরহুনা মক্লপশিংমু মযুম হুনখরে। রণজিৎ মতোমতা মাগী কাদা লৈরম্মী।

লুহোংবা মুমিত্তি মপান্দা অহুক তৌশিম্নরবসু মপুক মমুংদদি পাখং শানৌশিংগী হরাওজবহু মপান নাইবা নত্তে।

অহুবু !!

রণজিৎকীদি মঙ্গুং-মপান চপ-মান্নরগে। মাগী মাইথোংদা অউবা মীনা তৌশন্নবনি হাইবা ওন্নমদে। মুম কা অতুদা মথন্নাই পাম্নবা পোং খন্না লৈবন্থ নত্তনা কনাগুম্বা অীব অমতা লৈন্নমদে। মমুমগী ফকলাং অকোইবন্থ নহালমখৈদি মাগী থম্মোইগা অমতা ওইবগী ন্নাখল অমা লৈন্নম্মী।

ওসিদি!

কজা পানবা পোংনা কজা নাম্বোঙ্কুনা শন্নিবা পোং অনীন্থ তোথাই-তোখাই তাবদা মখোইনি অমতা ওইন্নবোই নিংলম্মী- নত্রেদো— হাইবগুম্না মাগীনি হাইনা মাগী থম্মোইগা কল্লাং মন্নিন্থগী থম্মোইগা তোঙান-তোঙানবা পোংনি হাইনা খল্লম্মী।

মাগীনি হাইনা লৈজন্নম্বন্থ ঐগী ওইন্রে হাইন্নকপদা রণজিৎকী পুক্কিংন্থ মুংন্থম অমা ন্নানবগুম্না পুবা-থাংবা ঙমদব-মখৈ লুমখন্নে। থম্মোইগী ন্না মতাং লাক্লবদি ফনা জ্ঞান তাত্থনম্ন মীওইবা হাইবসি পংথবা ঙাক্কনি।

ওসিদি রণজিৎম্নু অম্নুম অম্নুম খম্নন্নকপা অতুনা মপাগা মমাগবু ফংলন্নোইদবা হাইনা খল্লকলে। মেঘচন্দ্রনা কনানো —মাগী ন্নাখল অসিনি মাবু ওংলল্লীবা। মেঘচন্দ্রবু মানা

নহালমখৈ ওইহল্লক্লিবা অহু ওইবা য়াত্রবনিকো হাইনা খনবা হৌরকলে। মাগী মফমদা মেঘচন্দ্রনা অপোকপা মপা ওই-জরকপনি। অহুবু করি অতোপ্পা ওইগনি হাইবগী মুংনাংবনা তাইবংপাল পুন্নমক মাগী মমিংতা পুম্মম মমথরে।

মতৌ অসুম লৈরিভৈদা রাধানা মচাগী মনাক্তা হরাও-হরাও চাক চায়রো হাইহুনা চংশিল্লক্লমী। মচানা চিন্তা পুহুনা লৈরম্বা শকু উবদা হংলম্মী—

করি তৌরবগে নংবু, নশা ঙমদরা, ইতুক-তুকথরহুনা লৈরিবু?

মমারোমদা মমাই থাজংলহুনা ইতুক-তুকথনা হাই-রকই—

ইমা, রা অমতা হাইগে।

করিনো, হাইয়ু।

ইমাখোই পাজিখোই খংত্রা, ঙসি পুরীতনা হাওবম মচা রণজিৎ হাইনা শোনখিবহু। করিগীনো? ঐবু ইপা-ইমা লৈজদবা পীতৎ-পাতৎপা হাইহুরা? য়াম্না তোল্লবা কনা লৈত্রবরা? রারি অচুম্বা করি লৈবগে? ইমা, হাইয়ুগবা নচাদা।

মানা ভাংবা হৌবদগী রাধাহ্‌ কপ্পা হৌরম্নবনি, মখোন-দনি থোকভবা। মচানা হুংবহ্‌দা মহাকস্‌ খুমদবা য়াদবনা খুম্লকই—

ইমাগী ইবুংঙো, নং ঐখোইগী অপোকপা ইচা নত্তে, অয়োকপা ইচানি।

অহুদি কনানো ঐবু পোকপা পম্মৌ পম্লেমদি ?

রাধাদি কপ্পনা হাকমনশ্রহুনা রা ভাংবা ভম্লমদে। মমাগী মতৌহ্‌ উবদা মাস্‌ হিক হিক কপ্লম্মী। মখোইনিনা কপ্পা মখোলহ্‌ তারগা মেঘচন্দ্রনা চংশন্নকুনা য়েংলরে অহুগা হংলকই—

করি তৌরবগে নমা-নচানা তৌরিসিবো ?

রাধাদি অহুম কপ্লম্মী। মসিগী রারিসি মচিন-মরৈনা পম্মোকপদি লাইরহুনা মপুকতা চুম্না থঞ্জবফাওবা ভম্লমদে— কীবনা থক্‌-থক্‌ নিক্লম্মী মচা পাম্মুবদো মীনা মুনথিগনি মতাগুম।

রণজিৎনা মপাগী রা তাবহুদা খুম্লম্মী—

পাজি, ঐবু পাজিখোইনা পোকপা নত্তরা ?

ইবুংঙো, থাঙ্গেশেংবনি, ঐখোই নংবু পোকপা নপা-নমা অমতা নত্তে, নংনা পিশক পিক্লিভেদা মুংদাং অমা থুল্লকপনি।

ঐবু পোকপা ইমা-ইপানা ছন্দোকলমগদরা ?

মহু ইপাদি থাজদে। মচা মুংশিথ্রবা অসিবু ইরাই-লাইনা লমহাং-লমজাউদা ছন্দোকপা ঙম্বা হৌনদে। কনাগুম্বা অমনা তৌরম্বগ্নু য়াই।

পাজিদি মহুগী মরম অমতা থংদরা ?

ইপাদি নংবু পোকপা পলেম-পম্বৌগী মরি-মথোং অমত্তা থংদে। ঐনা থংবা হাইববু নংবু ইপাগা নমাগনা থুল্লকই অসিদনি। ঙসিফাওবা কনামতনা নংবু মচানি হাইছনা হাইরবা লৈতে। মকম ইথং-থংহৌদবমথৈ নহাল চিঠি অমা থুংলৈ। নমানা মহু পাজিগী চেনি হাইছনা লোৎশনখিবছনি। মহুদদা ঐখোইস্নু খংই নংবু হাওবম মচানি হাইবা। ইপানা খনবদি, নংবু থংবা অমদি নংগী মরিমত্তা নত্রগা নপা–নমামক লৈরমখিগদরা নিংই। অদুবু ইপানা থিবা থংগদরা থংদে।

মথরাই বারম্বহু অমুক হেনজিল্লক্লে, করিনা হৌজিক্তি চাননা থংলে মহাক রাধাগী মচা নত্তে হাইবা। অদুগা

অমুকস্থ—থিবা খংগদরা খংদে হাইনা মেঘচন্দ্রনা মমৈদা হাইবা তাবহুদা অমুক হেন্না পাখৎখরে। মহাকনা মপাগা মমাগবু মুংশিরক্সনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগবু থাদোকনিংলমদে। মপা-মমা অপোকপদি শকস্থ খংহৌদে অহুগা পুক্সীচুন্না অয়োকপা মপা-মমাদবু মাগীদি লোইরবনি হাইনা লৈরম্মী।

মরমহুনা পাখৎমনথিহুনা রণজিৎনা অঙাংমচা অপিশক অমগুন্না কপ্লহুনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগী মখোং কোল্লহুনা হাইরকই—

অমা ওইরবস্থ অমা ওইরবস্থ নখোইনা ঐগী ইমা-ইপানি, ঐবু মতম পুম্নমক্তা থাদোকপিগন্নকো, ইমাগা পাজিগনা।

অহুদগী মেঘচন্দ্র মতৈ-মনাও অনীনা অয়োকপা রণজিৎপু মকোকতা নাল্লহুনা হাইরকই—

মপোকসিমগী নং ঐখোইগীনি, ঐখোই নংগানি।

---

## নিপাল

রণজিৎনা মেঘচন্দ্রগী রাধাগবু মপা-মমা ভশেংবা নত্তে থংনমক মখোইনা মাবু মচানি হাইনা হায়রগী মতৌগুম্না লৈগনি হাইবত্তুনা মথরাইগী অরাবা কোক্লকলে। মপা লৈতে হাইরম্বা মমা লৈতে থল্লম্বা রাখল অহু মাংখ্রে—নোংজুথাদা নোংনা কম্না মংখিত্তুনা পুম্নম মম্লম্বা অতিয়াদা ইথং থংহৌদনা কোরৌহনবা গুমিৎনা ফুং ঙাম্থোকলকপগুম।

মপা-মমা অপোকপশিংগী মখোং-মরি থিনিংবগী রাখলদি থম্বু থমথ্রত্তুনা মখোই লৈরমখিনি হাইবা রাখলহু ফাওবা খনজনিংলমদরে।

অহুবু ॥

মতমগী খুজিলদি মীনা থংবা ভম্বা পোৎ নত্তে। মতমগী খোংলৈ লৈরকপগা লোইন-লোইননা মী পুরমক অমগা অমগা ঙাংনরকপা হৌরকলে—রণজিৎ অসি মপা-মমা মশক থংদবা খুল্লকপা অঙাংনি, রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা য়োকপনি হাইনা নাকোং অমদগী নাকোং অমা য়ৌনরম্মী।

অথংবা অহলশিংন্থ কাউরুবগুম্ লৈরুবদগী ময়াম্না ঙাংনবহ্ যাওরকলে। চুম্মী হাইনরকলে।

রণজিৎতি ময়াম্না মুগুক মুগুক ঙাংনবসি তারগা করিম্থ নাচুংবিরমদে। মাগী অওইবা রা ঙাংজবতনি। মাগী হাইবম্ রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনীদম্ থানদ্রগা লোইরে। অদুনা অদুম ভুমিন লৈরম্মী।

কনানো মসিদা মথৱাই শোক্লম্লিবদি? রণজিৎকী মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রনি। মহাক্তি ফম্নাইবা অওম্বা ওইরম্লিবনি। লৈবাকী অচৌ-অশাং মরক্তা য়াওজরিবনি। মতম লৈবা খিবিক্তা চাওথোকনিংবা নিপা অমম্থ ওইজরিবনি। মাগী মমাকনিপানবু মখোং-মরি মশক থংদবা নিপা ওইবদি মহাক পামজদে। জাৎ নাইদবা মৈতৈরা পাঙল্লা অহুম্থ থংদে।

মহাক্না খল্লম্বদি মেঘচন্দ্রমক্না পোকপা মচানি হাইনা খল্লম্বনি। পীতৎ-পাতৎপা মচা অমবু মচা পোকপা কংজরবা মতৈ-ম্রনাওনা মখোইমক্কী মচানি হাইদুনা তৌবদু মঙোন্দা লৌনম অমা তৌবনি হাইনম্থ খল্লকলে। মদুগীদমক লাকচৈদা হাইনা তকশি শোল্লক্লে।

হে অকাউবা কৌবা লাই! মেঘচন্দ্রনা অঙাং অমা

খুন্দুনা য়োকখি হাইবহু কৃষ্ণচন্দ্রনা ইলাই-লাইনা কাউখিদো, হৌজিক্তা নিংশিংলকলে। অত্তুগা অঙাংহুদি মনাওনিপানা হাংখিবা হাওবম নিত্তাইনা পোকপনি হাইবহু থংলমদে। অঙাং অহু হুন্দোকপা কালদা কদাইদা হুন্দোকখি হাইবফাওবা হাইরম্বা নংদবমথৈ মনাও নিপাদি থম্বালগী মখুত্তা য়াইবী-থরাই মাংথোকখ্রে। খুনবা মতমদা খুল্লিবা মী মেঘচন্দ্র অসিবু তশেংনা থংবা লৈখিদে।

অম্মুম্! অকাউ-লাংদা থুহুনা কৃষ্ণচন্দ্র অহু রণজিৎপু মশক থংলমদে। মহাক্না তৌরম্বহুবু পাথৎমনখিহুনা মুংঙাই-মন্দবনা রণজিৎতু লাইশ্রম মচা নত্তে হাইবদি কররম্বা থংই হাইবা ফাওবা মেঘচন্দ্রদম্ভু রণজিৎতসু হংগে হাইবা লৈতে। মহু হংলবদি হাওবম মচানি হাইবা থংলমগদবনি অত্তুগা হাওবম নিত্তাইনা মপানি হাইবা থম্বা ঙম্লমগদবনি। অহুমক্তসু তৌবা লৈখিদরে অকাউ-লাই চুখিবনা।

চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা করিমতা চংলমদ্রে। মহাক্তি চারে রণজিৎকী মা, তুমলে রণজিৎকী মং, কোইরে মমাক-নিপা হৌরকফম থংদবহুগী মাদ ঙাং-শকুনা মরৈরম্মী। মাগুম্বগী মমাক্নবু শকনাইদবা অাংনাইদবা ওইবদি—অসিতনা

মাগী, চাওখোকচনিংবা চাউজবা মপুক্লিংছুদা বজ্র-শিংজং তারগুম শোকখরে।

মথবাই য়ামনখিবনা অদুগা চাদ-থক্কবনা দেহে অদু পুম্বা য়ারক্তুহনা নোংমদি কুম্বরে। মহাক নাহুনা লৈরে হাইবা তারদুনা রণজিৎকা মণিগা অনাবা হংবা চংখিরম্মী।

মখোই হেক থুংবদা কৃষ্ণচন্দ্রনা মচাম্পুগী মণিবু কোল্লহুনা কপ্পা কপ্পা হাইরম্মী—

ইপাগী ইবেম্মা, লাইবকথিবী ইচা লাক্লবরা? ইপা লাল্লেকো, ইপাবু নং বারৌগম্লকো।

অসি হাইরগা মমাকনিপারোমদা ওনশন্দুনা হাইরকই—ইবুংঙো রণজিৎ, নং অসি নগুণ লৈ, নশক নতৌ য়েংবদা অশোইবা অমতা য়াওদে,অদুগা লৈবাক্তীসু চাওরবা অওম্বা অমা ওইরি। অদুবু ইবুংঙো, অহল-লমল মশক থংদবনা নংবু মৈতৈরা পাওল্লা চিংনবনা ইকুদি য়াম্না বারে।

মাগী বাসি তারগা রণজিৎনা কপ্প-কপ্পহুনা হাইরকই—

ইকুবোকপু, ঐনা মণিবু মকম থংত্রবা মপান নাইত্রবা ইপাক-ইয়াই অমদা পুরি। করম্বা মতমদা অবাবসি কোক্লগদবা হাইনা ঐম্ভু হোংনরকলি। ঐহাক হাও-পাওলমক্তি

নত্তবামাল্লে হাইনা ঐখোইগী পাজিগা ইমাগী মচিন্দা খোকলি। অহুমকম্ন ইকুবোকনা অত্নক য়াম্না থবাই শোক-পিরবদি ঐগী তাংদাংবা অমা থংনবা থিজনি।

মপুরোইবগা মপাগগী ঙাংনরিবা রাজু তারগা মণিনা নোক্ল-নোক্লহুনা খুম্লকই—

পাজিনা করিগী রারিবনো? পাজিখোই ইমাখোইগীদি করিম্নু মাংবা লৈতে। ঐগীদা মাংজবনি। অহুবু ঐহাক্না অমাংবা নত্তে অতোংবনি হাইনা থনবা ঙমলিবা মথৈ করিগী রাকম খোকপগে?

অহুদগী মণিনা মপুরোইবরোমদা ওনশনগা অমুক থেমজল্লকই—ইবুংঙো, করিগীনো অত্নক রানা পারি-পুরি থিবিগে হাইববু। ইবুংঙোগী চাওরবা পরিচয় অমা ঐ থংই, মহুদি ইবুংঙো মীনিনে, নহাক ঐহাক্কী ইকমদা দেবতানি ঐগী পুন্সি অসিগী হিনাওশাবনি।

মণিগী রাজু তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা খুম্লকই—

ইবেম্মা, লৈবাক্কী চৎনবী হাইবা অমা লৈ। মীনা ইপাবু করিনি হাইনি?

পাজি, চৎনবী হাইবসি মীওইবা ঐখোইগী খুংশেমনি—

লাইশেম নত্তে। ঐখোই ঐখোইগী কীতম মতুং ইমা চৎপা হাইবত্নুনি। চৎনবী কীবনা থরাই য়ানবগী ময়ম নত্তনা করিস্নু ওইবা য়ারোই।

রা ঙাংনরিবা মখোই অহুমগী ময়ক্তা খ্বাইদগী নহা ওইরিবা মণিনা খ্বাইদগী শিংবা রা হাইবত্নুদা অহল ওইরবা কৃষ্ণচন্দ্র অত্নগা লাইরিক-হৈবা, লৈবাকী হৈ-শিংলবা বিচারপতি রণজিৎ অনিমক রা ঙাংকম থংলমত্রে, ছুমিন ছুমিন লৈরমলে।

অতুদগী মণিগী মমা পম্মানা হাইরম্মী

ইচানা হাইরিবসি অচুম্বনি। করি কাম্বনি ঐখোইনা রাক্নুহনা। রণজিৎনা মতিক চাদবা নিপানি হাইবস্নু নত্তে। মাগুম্বা মফম-মরাং থংদবা কয়ানা জগৎকী শিংথানবদা য়াওবা মী ওইরি।

মুণীগী রাহু তারগা কৃষ্ণচন্দ্রনা তপ্না তপ্না হাইরকই—

ইচানা হাইরিবসি চুম্মি। অত্নবু—অশেংবা অমা থংবদি কৈদনা মীগী মমাংদা চোপতেদনা। মীনোক চংবা হাইবসি ফত্তেদা। করে, হৌজিক্তি নখোইনি য়ুম হল্লো। ইপাম্নু পুক্লিং থরা ইংলে। নাবা ফরগানি হাইনা নিংলে।

অহুদগী রণজিৎকা মণিগগী অহল-লমন খুরুম্নগা মমুম হল্লকলে। কৃষ্ণচন্দ্রস্ম পোখাহুনা লৈহৌরে।

---

## মাপল

রণজিৎকা মণিগা মমুম য়ৌরবদা রাধানা হংলম্মী—

অনাবদি করম তৌহৌরে, করি ওইনা নাই ?

মণিদি হাইবা হঙ্গোইরম্মী। মতু খংহুনা রণজিৎনা খুম্মকই—

অতৈ করিস্ম নত্তে ইমা, ঐগী মরমগী সুংঙাইতবদগী নারিবনি।

মচাগী রাহু তাবদা পাথংলহুনা রাধানা হাইরকই—

করি হাইবা, নংগী মরিগী সুংঙাইতবা ? নংনা করি তৌরুহুনা ? মণি, ইবেম্মা, নঙোন্দা রণজিৎনা করি তৌখ্রহুনা নংনা নমুমদা পাও তম্লু রিবরা ?

রাধাগী পাথংপহু উবদা মণিদি রা খুম্বরা হাইববু কীবনা মহাকস্ত থক্-থক্ নিক্লম্মী। রণজিৎনা নোক্ল-নোক্লহুনা মখোইনিবু তপথহন্নবা মমাদা হাইরকই—

# ইমা

ইমা, ঐনা করিগ্ন তোদে, মণিগ্ন করিমতা তম্মুবা লৈতে। ইকুবোকনা ঐ অসি কনানো শক খংদবহুদা মণিবু কনাদা লীরিবনো হাইনা খনবদগীনি।

রাধানা রাহু লোইনা ভাব তারমস্রে ; অহুনা অমুকন্থু হংলকই—নংবু কনানো শক খংদবা হাইবদি ইবুংঙো ?

ঐ অসি লাইশ্রম মচা নত্তে হাইবদি থাজ্ঞে শেংলে, অমুগা মৈতৈরা হাওরা হাইবদি থাজ্ঞে শেংগ্রি। অহুননি শক খংদবা হাইবদি ইমা।

রাধানা ভুমিম্মা সুংশাম্বর মগী অমা হোল্লগা হাইরম্মী— উম, খংলে। মণিদি করি হাইরি ?

রণজিৎনা খুমগে তোরকপদা মণিনা মাগী বা হংলিবনি হাইহুনা মখোন নিক্লা–নিক্লা খুম্নকই—

অবোক, ঐনা করি হাইনি ? ঐগীদ ইপুরোইবনিনা - চণ্ডাল, হরি, নাপেত ওইগে হাইরবস্থ ওইসমু, ঐগীদি লাইনি, লাংনফমনি—নিংনফমনি।

মাগী পাওখুম তাবদা রাধাগী থরাই সুংঙাইরম্মী। মপান নাইদনা পেল্লমলে মহাক। মাগী থমুংদা কুং লাওনা

ইমা

হৌরকপা মুংঙাইবগী ইথকতু মপান থুনা থোকখিরম্বা মরম্মা অমুম্মা হাইরকই—

সতীদনা অমুম্মা হাইবা লেম্মী। সতী নংবু ইমৌ ওইনা ফংজবদি নহাক্ত মপোক কয়ারক্তা ইনেম্না কর্ম্ম করকপননি। লাইবক ফৈদা ঐহাকসে ইনেমগী ইবেম্মা।

অসি হাইরগা মচারোমদা মিৎয়েং অমা তৌনা য়েংলম্মী। মহুগী হাইরিবা অর্থদি মমৌম্নুপীবু করিগুম্বা মরম অমগীদমক থাদোকপা য়াদে হাইবগী ইঙ্গিত তৌবগুম্বা অর্থনি।

রণজিৎস্নু অহোই হাইবগুম্না মমাই মাইথোং অতুদা হাইফেৎ উৎলম্লগা ইমুংদা চংখিরম্মী। মণিস্নু মপুরোইবা চংখিবহুদা থৌনা ফনা মনেম্বোক থাদোক্তুনা অহুম ইমুংদা চংখিরম্মী। রাধানা মাঙ্গোন্দা ফমহুনা রাথলগী ইপাক্তা তাওহুনা লৈহৌই।

লাইরবনা শেল ফংনিংই। ফংদ্রিবৈদা ফংনবা হাইহুনা রাই, ফংলগা অহু মাংদনবা করি তৌগদগে হাইনা রাথল পোকপা চৌই। হুরান চিঙ্খৌবা কয়া লাকই, অহুদগী ইকোং-ফোংনা লোগে পিম্নু হাইরগা লৌবা মীস্নু কয়া

লাকই। মথোই ময়ামগুদগী নাম্বোক্সবা হাইহুনা লাইরবিঙৈ মতমদা ভাংলক-শক্লক্তবা মীনম্-শোবি কয়া ভাংই, মপান্ নাইদে। থোংকাপ অমতং কানথোরকপদা হায়না লোল্লবা থোং-লূক অহু লোল্লমত্রিবরা করিনো হাইনা পুক্লিংদা চিংনবা হৌই। অহিং-মুংথিল অনিমক্তা মাগী শেল অহু কদাইদা করম্না মাবু থাদোক্লম্গদগে হাইবগী চিংনবনা মপুক্লিং-থোইদৌ লৈতাবা হাইবহু রাংলি। লুনা তাগ্রবা লুনা থমজবা পোং মাংথিগনি হাইবগীদমক কয়ামুক মপান নাইদনা রাই।

মংতৌ অস্নুম্না মচা কৌবা লন অহু লৈতহুনা লাইররম্বী রাধানা রণজিৎপু ফংজরে। ফংলকপা মতমদা মাগী ওইহুনতা লৈগদৌবোই নিংই। অহুবু হৌজিক্তি রা অমা অমা তারকপদগী মাগী ফীজিগী লন ওইজরিবা রণজিৎপু কয়স্বা মতমদা মথুন্তগী শংথিগদগে হাইনা চিংনহুনা মতম লেস্বা য়ারমদে।

রাধানা রাথল অমুক তৌই, অমুক হিক্লা-হিক্লা কপ্লি। মীনা মথরাইগী লন মাংথরগা কপ্লি, মহাক্লা মাংথিগদরা হাইবগী—মাংদনবা করম হাইনা থমগদগে হাইনা থন্‌বদগী কপ্লি। মকপ অনিসি কপ্পা মতম তিমত্রবস্ন মরম্ভি অমতনি!

মমানা কময় ভাগ্গা রণজিৎনা মথবাই খুংঙাইরনখি-অহনা থোরক্লনা মমাগী মনাক্তা থুক-থুদক কুক্লহনা মমিস্তা মপি শিস্তনা হাইরকই—

ইমা, করিগী কপ্লি ? নচাবু শোকই হাইহনা কপ্লিবরা ? ঐঙোন্দা কনামত্তনা করিস্নু তৌদে !

মপী তৈথোক তৈথোক্লা রাধানা মচাদা হাইরম্মী—

ইমাই-বুংঙো, নংবু মীনা করি তৌই হাইহনা কপ্লা নত্তে। নংবু · ··· ·

অসি হাইরগা থক পল্লি, মথা ত্তাথবা ঙল্লমদে। মাগী মবুকনিংদা লৈরিবহ হাইদোক্লগা মচাগী থবাই রাখিগদরা হাইনা থল্লম্মী। হাইদোক্লগে খল্লি, মচা সুংশিবগী মফমদা রা লোৎপা হৌনদে নিংই। অদুবু অমুক কিবনা থক-থক নিক্লম্মী। মানদি মচাগী মফমদা থুপ্লা হৌনদে হাইহনা তৌরগা রা অদুনা মচাগী মেংলে হাইনা মমা ওইরিবী মানা থনজবা অদুগুম্বা মচাগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম তৌগ্রবদি হাইনা অমুকন্থ খল্লি। মিকুপ-মিকুপ্তা রাখল ময়ামসি অমগী মথংদা অমা পোক্লক্লনা রাধাগী থম্মোই অহু সুক-সুক নৈহৎলম্মী।

মচাগী মাইকৈরোমদা অমুক য়েংই—অমুক কুইনা য়েংবা ওমদচুনা মমাই লুকথবুম্মী।

মমাগী কোইচেল কোইচেল চেমবা মাইথোং অচু উরগা রণজিৎকী লুংতাইতবা লাংতক্নবা অমুক হেন্নম্মী। মমানা কপ্লিবা কপ্নিগীনো হাইবা মুমা অচুগা থুনা থংনিংলম্মী। অচুবু মমাগী মত্তোচু উবদা ইমা হাইরো হাইনা পাক্-পাক্ হাইবস্তু ওম্লমদে। মমাগী মিংলু অনিদগী শিঙ্করকপা গী ইমা অচু উরগা মাগী মিংলুদস্তু তুয়েলগী ইহৌরকপওম মগী মতুম মতুম ভারম্মী। মগী মতুম অমমমবু মমানা মুক্তা মতুম ওইনা মিংলম্মী।

মম-মচা অনিগী মত্তো অসি উবদা লুং কাওবা মহী চেল্লবা ওগ্নি থন্দে। রণজিৎনা ভাইহাক লৈরগা হাইরম্মী—

ইমা, হাইয়ুগবা, নপুক্লিং লোইনা ভেংথোকউবা। কল্পিগী হাইনিংত্রিবনো? নংনা রারগা ইমা নচাদি থোইনা রারে।

মচাগী রাহে অসি ভারগা মচাগী মাইকৈরোমদা শংত্রিক-শংনা রাধানা য়েংলম্মী। শংত্তোকমনখিবনা মচা-কাওবা উরমদরে। মপান্দা কপ্নি থোকলি হাইবকাওবা থংলমদরে, থরাই য়াওদবা হকচাংওম যাদু-মন্ত্র অমনা

# ইমা

উচুক অমা খিনবগুম ইলেং লেংদনা লৈরম্মী। মতুম তৌদ্রিবৈগী মমাংদা মশা পুম্বহ্ অমুক্তং থক্-থক্ নিক্লম্মী। অয়েংবা মীগী মমিত্তা করিস্নু ওইনা উক্রবস্ত রাধাগী মশাদাদ মুহারাবদা পৃথ্বী অসি থোক্ থোক্ লাওনা মাম্না কম্না নিকপগুম নিক্লম্মী। অডুদগী থংলেপ লেপখিন্দুনা মপুক্লিংগা মপানগী কন্নিমতগা মরি লৈনরমদে।

মমাগী মতৌহ্ উবদা রণজিৎ ওইহাক শংত্রিক য়েংলম্লগা মশা পাইদুনা ইমা-ইমা হাইনা নোম্নক্লে। অদুদগী রাহুরুবদগী হৌগংলকপগুম তথক্-তথক্ য়েংদুনা লৈরম্মী। রণজিৎন হাইরকই—

ইমা, নংনা ঙসি তৌরিবা মতৌসি করিনো. ঐবু হাইফম থংদ্রেনে ইমা। নচাদা শেংনা হাইয়ুবা।

জ্ঞান মাংলুরবা রাধাহ্ মপুকতা থোনা অমা ফংলক্লে। মানা থারগা মচাম্ম রাগনি নিংলকলে। মচাগীদমক মাগী অরাবা কোঙাই আঃ থাম্না হন্দোকখরগে থল্লকই। কংশল্লবা চিনবান অনিহ্ মোমোন মচা অমা তৌরম্মী। মম্না গুরুবা অহিংদা নফম থংহৌদবমখৈ থাবল ফরকপগুম্বনি। মহাক

রণজিৎকীদমক শিনিংলগমি হৌজিক্তি রণজিৎকীদমক হিংনিং-লকলে, অছুম খল্লকুনা হাইরকই।

ইমাগী রণজিৎ? ইমামা শেম্বারনা খল্লুরে! নংবু ঐগী কীজিদগী কিশি লৌথোকুনা কনাগুম্বা অমনা পুথিদরা খল্লুরে অচ কীবদগী কপ্পনিনে ইমানা।

মমাগী পুকচেল থংলহুনা রণজিৎনা মমাগী মন্দাকিনীগী ইচেলগুম্বা চেপ্পরক্লিবা মপী অছু খরবা হাইহুনা হাইরকই—

ইমাবু থাদোকুনা কদাই চৎলুনি, কম্বিনো অঙাওবী-দৌনা লোপ্লিবসিবো? শিক্লি কাওবা ইমা, ঐ নংগীনি।

মমা মচানা অছুম্বা ভেংথা-নাওইনরিবৈগী মতমদা হাও-তোম্বীদু লাক্লম্মী। মনমদা শম অমা পোরকই। মামা পর-পরং চংলগুম' হাইরম্মী—

করি তৌরে ইবেম্মা রাধা, নংমা অম্রুক য়াম্না কপ্লিববু? হায়মা, ইবুংঙো, মমা-মচা অনিমক কপ্লিবরা? মমা-মচাবু করি মুংঙাইতবা য়াওরবগে?

মমা-মচা মশেল মুংশিনজবগী রাষ্ট অতোপ্পা অমদা শারুহুনা কাম্নদে হাইবা থংই। অছুবু রাধানা হাওতোম্বীবু মখোইগী ইমুং-মমুংগুম লৌই, মানম্ম মছুগী মতিক-থোকপা

হুংশিবা মতৌমা ়া হংলকই। মরমহুনা থুমিজা নৈথোক্লপা থমমদে রাধাহু। অহুমা রাধানা অপুন্না হাইরকই—

ইচে তে'মা, নচা রণজিৎ অসি ঐখোইনা পোকচবা নাত্তেদো। অমুক কুইরক্লবসি নন্দ-যশোদানা মপারী কৃষ্ণবু যোকপগুম লুনা তৌজরক্লবা ইচানি। অহুবু কনানা থংপানি—দেবকী বসুদেব থোরকুনা' যশোমতীগী কোকথক্তা বত্র তাথিবগুম ঐগী ইরাইবকক্ত থোক্লবদি? য়ায়া চিংনরে ইচে ঐদি। রণজিৎ চৎখিগত্রা হাইসিনা ঐগী থম্মোই অসি পুখা থমদে হাইনরম্লিবনি।

রা অসি হাইরগা রাধা মথবাই-মঙা রাওনা অমুক রণজিৎ লোমদা য়েংলম্মী। মাগী মফমদদি থরানি পানবগী থাজ মাল্লবা মাইথোং অহু য়েংবগী ওকপা নাইরমদে।

মতৌ অসি উবদা হাওতোম্বীমা হুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। মাম্মু হুংত্তাইত্রহনা শক হনজিলগা রণজিৎতা হংলকই—

ইবুংঙো, নমানা চিংনরিবম্মিদি নংনা কোকহনবা ইলাই-লাইমা থম্মী। অহুবু পলেম-পম্বৌ অথোকপনা কম্মি হাইরিমবরা?

হাইরোই, ইমা তোম্বী। ওসাইদগী ইমাদা মহ হাইহুনা লাক্লিবনি।

অহুবু ইবুংঙো, মখোইনা নংবু পুক্রবদি লৈবা ওম্মোই হাইরবদি করম তৌগনি?

ইমা তোম্বী, জগৎপুম্বনা অমত্তা ওইখ্রবমু ইমাবু থাদোক্‌না ঐহাক শিত্রিবা কাওবা কদাইদগু চৎলোই।

ঙুংশিদা, নরাহৈ-হু তাবদা, ইবুংঙো।

অহুদগী হাওতোম্বীনা রাধায়োমদা ওনশন্নো অমুক হাইরকই—

ইবেম্মা, রারুমু, কম্রি তৌনি? নং ঐনা তখা ওম্বা নত্তে। নচানা নংবু শিবফাওবা থাদোকপা ওমলোই।

মখোইনিগী বা তাবদা রাধাহু মীপাইবদি রায়া হুম্বয়ে। অহুমদি ওইরগা মপুক্লিংগী চিংনবাদ কোক্তবনা হাইরকই—

ইচে, রণজিৎনা ঐবু থাদোকনি হাইবগী চিংনবা নত্তেনে, মাবু চিংহুনা পুথিনি হাইবগী খনবনিনে।

রাধাগী চৌইরোল অহু তাবা ওক্লহুনা হাওতোম্বীনা হাইরকই—

ইবেম্মা রাধা, নংনা অহুক রায়া চিংনরিববু করিগীনো?

চহি কুয়োম অসিগী মনুংদা নচানশু মতিক চারবা মী অমা ওইরম্লুনা লৈরবা অসিকাও থোরকত্রবা মমা-মপাহশু। হৌজিক অদুক কদাইদগী থোরকদৌরিবনো? তানিংদেদা নং অসিনা ত্তোজ-শাববু। তৌবগীবুদি নচা হুংশিজবগী ময়ায়না ঙাওরম্লুনা মতৌবা—অদুগা ঐথোইনা অমুম খনবদদি মহাকপু পোকপা পলেম-পহৌদি থোরকনি হাইবা হল্লক মপোক অসিদা থাজদরে। মরি-মতানা থংবা মাওরম্লগা অদুক লাকদবা নত্রগা হংই-দু মঙাইরে। মখোইনবুদি করি তৌজবা ঙমগদবনো।

মমাবু থেমজমবা হাওতোম্বীনা ঙাংলকপা রাহে ময়ামদি তামগা রণজিৎনা মথমাই খরা মুংঙাইরম্মী। অমুমা হাওতোম্বীদা হাইরকই—

ঐবু থংবা মরিমত্তা কমাম্ভু লৈবম্লমোই। লৈরবসু ঐবু কনানা মুনবা ঙম্লগদগে?

মাগী বাসি তারগা হাওতোম্বীনা মবুক্লিংদা নোক্লিংলম্মী। অদুগা মমা অয়োকপীবু মুংশিরিবদুগী খল্লুরপসু রণজিৎপু হাওতোম্বীনা য় ম্লা মুংশিরম্মী। নোক্লিংঙি হাইদুনা পাক নোকথোকপসু য়াদবনা অদুগা থমুংদগী. হৌরকপা নোক্লিংবগী

ইহক অহুম পুমথিং-থিংবা ওমদবনা নোকরি নোকরি তৌরদুনা হাওতোম্বীমা অন্নুয়া হাইরম্মী—

নৈবাকী বিচারপতিনু নহাক্কি। নংগী নকরদা কনানা করি তৌজরগনি ?

থংজ্রেদা ইমা ?

মতৌ অসুম তৌদুনা মখোই অহম ওাংনরগা রণজিৎতু ইমুংদা চংখ্রে। কমুংদা কমহুনা চুরুট অমা চিংলদুনা রাখল তৌরম্মী।

হাওতোম্বীনু 'রারুম, দেহে মররবনি' হাইরম্লগা চৎখ্রে।

রাধাদি ?

কম্মমথৈ কমলগা ইমুংদা চংথিরম্মী।

---

## তন্না

রণজিৎ অহু হুমিৎ মরি-মওানি নৈরগ্না মপা-মমা মশক থংনবা থৌরাং হৌরকলে। মহাক কন্নিমতা মপা মমাগী মরি-মখোং থিজিন্নিংলমদবনি। থিনিংদবসি রাধাগোইগা

ইমা

থাদোক্লগনি হাইবগী ভাক্তু নত্তে অদুগা মচাকময়ক্লা মপা-মমা অপোকপশিংত্বু শুকঙ্গংমক মুংশিদবগী য়াম্ন নত্তে। অম্মম চুম্না থিরক্লত্না ফংগনি শোইরয়োই হাইবস্ন ভমদবা থবক অদুগীদমক মানা অত্তুক থৌ-রা শাজদবদনি। অপোকপা মমা-মপাবু মুংশিবা হৈত্রবদি করম্না অয়োকপা মমা-মপাবু মুংশিবা হৈগদৌরিবনো ?

মহাকীদমক মকুযোক্লা চিংনরিবা অসিনা মরম ওইবা মরমনি। মপুরোইবা-নিংবী সতী মণিবু শেংন কাইনহনবা ভমদবগীদমক কৃষ্ণচন্দ্রনা বারিবা অদুগা রণজিৎনা নচা লৌজ-থরো হাইনা পিথোক্লে হাইরবস্নু শিংথোকখ্রবা তিন হনজনবা য়াদবগুম য়াদবা—মরমময়াম অসিনা রণজিৎ অদু মাবু পোকপা পলেম-পম্বোগী মখোং-মরি থিবা হৌবনি।

মহাক হাওরা-পাওল্লা মশক থংনিংলম্লে।

মরম অসি মমা রাধাদা হাইবম্মী। তৌইগুম্বস্নুং রাধানা মথক্লাই বাবা হেল্লম্মী। মবুক্লিংদা থাজরম্মী—শোইদনা রণজিৎকী মমা মপা থোরক্লবদি মাবু পুগে হাইগনি। অদুদা মহাক কপ্পা নত্তনা করিস্নু তৌকম লৈরোই হাইবা রাধানা ভরংনা থংজে।

অদুবু মাধানা রণজিৎতা মপান-মম্মা খিবচু তৌরকগনু হাইদনু ওল্লমদে। হাইরকপগা মদুমা হেন্না রাবা ওইগনি, কম্রিকা সুংশিপ্রবা মচাগী নিংবা খিংবদি মাগী থম্মোইনা ওল্লমদে। অদুম সুং অনিগী মরক্তা হা ওন্নুনা মাথাক্তুদা কপ্লতনা পাম্বে ওইরম্মী।

নিত্তিম্মবী রণজিৎনা মুম হনজিন্নরকপদা মমা মাথাগা মণিপনা কম্রি পাও তাররকপগে হাইনা বা হংলম্মী। মহাক্না পলেম-পন্থোংগী থোং-লীবচু কংগদৌবগুম আশা লৈনা পাওশুবা মুমিংথোদ পাও অদুনা মাথাগী মকমদদি বক্র-শিংজং তাররকপগুম থোক্লম্মী। অদুগা মণিদি হংওাইরম্মী, কম্রিমা মহাক্তি মনেম্বোক মাথানা চিংনরিবদুমা চিংনরমদে।

মেঘচন্দ্রদি ?

মহাক্তি নিপানিনা খাংবা ওল্লম্মী। লাইনা নোংদম্বা অমা ওল্লকপা হাইবদুনি হাইনা খল্লোকপা ওল্লম্মী। মবুক্লিংদদমক মাজরবনু অদুক য়াম্না মাথাগুম্না মখোল থোক্লমদে পাওদি অদুম তারম্মী।

নোংমগী কোরৌ শিংবুম অমত্তা পাও হংবা মাথাদি লেপ্লমদে। মারবনু মতমাসিদগী হৌদুনা রণজিৎকী মনাক্তা

কপ-লাউবদি তোক্লমলে। মমম অহুনা রণজিৎসু থৌনা ফনা মরম খংলকপা পুম্নমক অমতা চিৎথদবমথৈ মমাদা তম্লম্মী। রাধানা মচাগী মমাংদা কপ-লাউবা তোকলে হাইবগী ওাক্তস্ন নত্তে, মমাগী মফমদা করিগুম্বা অমতা থুপচনিংলমদে।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগনা করম তৌরম্মী? মমাকনিপামা মাগী হৌরকফম খংনবা থিম্বি তাবদা অমা-মুংওাই য়াম্মনা লাইদা তুলসী পত্র কৎতুনা মম্ম নিরকলে। হন্দক রণজিৎনা চৎলিবা থোংচৎ অসি মঙ্গল ওইহনবিমু হাইনা থুক্মম্মী। অহিং-মুংথিল পুংজা থুদিংমক্তা মথোইনিগী থমুংদগী থোরকপা থোঙ্গেল অহনা কন্না শিৎ-হুম্বা নোংলৈ-মুংশিংকা লোইনমা মাইগৈ-শলাই শুনা চত্তুনা ভগবান-না লৈবা লমদম পাংলক্লে।

রণজিৎসু থম্রাই হুকচাং য়াওনা পারি-পুরি থিবা হৌরকলে। মাগী থবকসি পাংথোকহনবিমু হাইহনা মথরাই মওামক ঈশ্বরদা কৎলম্মী।

অসোমদনা কমদৌরি অমুক?

রাধাগা মেঘগা অনিম্মা করম্মো হাইনা থম্মোই থক্ থক্

নিকপমথৈ লাই নিংলম্মী। মথোইনা খল্লি—রণজিৎনা শোইদনা মথোইগী মনাক্তগী চংখরগনি। মতু থোক্লবদি মহাক কাইনবগী মৈচাক খাংবা রাগনি, অতুনা মহাক্না পলেম-পম্বৌ থিবা ফংদ্রিবৈগী মমাংদা লাই-খুম্না তানবা ফংজবা—অসিতা দিবানিশিদা খল্লুনা লৈরম্মী।

মথোই ময়াম্মক অসিগী চংজফমদি অমতনি। অমতা অতুনা কনাগী মাইকৈদা লেপ্পগনি হাইবা মথোই কনা-মত্তনা খংবা ওম্বদি লাইরতুনা মং-ফাওবা মংলমত্রে।

ওসি ফংগদয়া মফংদা হয়েং ফংগদয়া মফংদা রণজিৎ অতু মপুক্লিংদি হনবা ভৌরমদে। নোংম-নোংমগী থিবগী থবক অতু কনশিল্লক্লম্মী। অকিসত্তগী ছুটি থা অমগী লৌরকলে।

মানা ওমজবা লৌশিংসু পুথোকচয়ে, অদুগা চারবা মরুপ-মপাংশিংগী লৌবা য়াবা মতেং লৌরতুনা মমা-মপাগী মথোং-মরী থিবা হৌরকলে।

অশুম্না য়াম্না কম্না থিরবা কাওবদা লংলা-লংজিল অমতা ফংখিত্রতুনা লৈবদগী সুংখিল অমদি চাক-চাবা তোকপদগী রাররতুনা পোথাগে হাইতুনা কমুংদা চংখিরম্মী।

ইমা

অহুম হিগ্নদগী থোক্ তুমথোকখিরম্মী। পুং অমরোম তুম্নবগী মতুংদা মমং অমা মংলম্মী। মং অহুদা কনানো মুপী-গুই ক'ম্বি-গুই তৌবা অমনা মঙোম্দা হাইরম্মী—

রণজিৎ বিচার-বুদ্ধিনা লাইগী থৌরম-থুজিল থংবা ওম্বা নত্তে। অহুম ওইনমক ঈশ্বরনা লংজিল অমদি শোইদনা পিবিরগনি।

রণজিৎনা শোইরোইদরা হায়না হংজগে তৌবদা মী অহু খাই মাংথোকখরে। রণজিৎমু মীকপ থংথোক থোক্লম্মী

অহুদগী হৌগৎলগা রাধাদা হোৎচন্দুনা অফিং অফাই হাইরম্মী—

ইমা, ইমা, মংদা হাইরম্মী লাইনা লংজিল পিগনি হাইনা।

মচানা নোক্ত নোক্লা পাও তম্বহুদা মচাগী মথৱাই মুংঙাইবহু কাইহম্লিংদবা মরম্না মচিনবান্দা মোমোন তৌনা তৌনা মচাগী পাও তম্বহু তারম্মী।

অহুম্না মমা-মচা অনিহু নোকমিন্নরিবৈদা হাওতোম্বী লাক্নুনা হেক থুংলৈ। হৈনৌ অমুনবা অমা পিরহুনা হাইরকই—

হোঃ অহুনিদনা। ঐনা লাকপা মতমদা নখোইনা নোক্তুনা লৈরম্বদি য়াম্না হুংঙাই। নমা-নচা কার ঙাংনরম্মী?

রাধানা মোড়া অমা থারগা হাওতোম্বীদা কন্মু হাইরম্মী। অহুদগী অমুম্না হংলকই—

কদাই চৎলুই ইচে নংদি?

ঙসিদি নখোইবু উনবিংবনা অসিদা লাকপনি? থবক করিম্ভু লৈতে। চুম্না নখোইতবু উনিংবগীনি।

রাধানা অহুদগী মচানা মমংগী বা তম্লবহু হাওতোম্বীদা তম্লম্মী। অতৈ থোইদোকপা বা নত্তে মংগী বা ঙাং-নরম্বনি হাইনা হাইরম্মী।

মমাগী বা লোইরগা রণজিৎনা হাওতোম্বীদা হাইরম্মী—

ইমা হাওতোম্বী, ঙসিদি লীলা য়েংজুসিদনা। কন্নি থবক লৈ? হোরেন অহিংদি ঐখোইদা লেকশ্রো, নমুমদা চৎপা কীরবস্থ।

রণজিৎনা লীলাগী বা হাইবা তাবদা মণি অহু ইমুংদগী থোরক্তুনা হাইরম্মী—

অবোক ভোম্বী, ঐখোইগী অবোকন্থ ঐগী চৎকনি, নংস্থ ঙসিদি চৎলুসি।

রাধাদো চৎচনিংদবনি। মচানা চৎলুসি হাইনা হাই-যগীদমক চৎকে তৌরম্বনি। করিনা মহাক্কী মশাদা কুম্মে য়েংবদি লাইরক্কুনা চাবা থকপা ফাওবা চংত্রবনি। অদুবু মচানা মথবাই মুংঙাইখিত্রবদি হাইবগীনে অদুগা মহাক্কী অরাবদু মচাদা খোইনা থংহল্লিংদবগীনে চৎসি হাইবদা য়াম্বনি। মমোমা হাওজোম্বীদা রা হাইবা হেক লোইবগা অন্নমা রাধানা হাইরকই—

নখোইনদি চৎসি হাইরি। অদুবু করি লীলানো ভৌগদোরিববু?

রণজিৎনা অদুদগী থুরকই—

গৌরলীলানি।

হরি মঙাংনো শামদোয়িবদি?

রণজিৎনা মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম চৎপগী মঙাংদু ঙইরমান্নে হাইনা থুমম্মী।

অদুদগী রাধানা হাওতোম্বীরোমদা ওনশন্দুনা হাইরম্মী—

ইচে, চৎলুসি, নং ঙসিদি ঐখোইদা লৈথরো।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী য়ারিনী ; নংদি য়ারি খংলিরোই, অদুনা খংহৌ। য়াম্না ঙুংশিবা য়ারিনী।

রাধাগী য়ারি ভারগা হাওতোম্বীনা নোকনিংলম্মী। অদুবু মপান থোক্না মপুক্কিংগী য়াথল অদু ফুগাইরমদে। অদুম ভুমিন্না লৈরগা মথোই ময়াম্না হাইবদুদা কৈ হায়না হাইরম্মী।

অদুদগী হংলম্মী—

লীলাদি কদাইরাইদা শাম্নদোরিবা ?

মণিনা খুম্নকই—

ঐখোইগী লৈকাই মচাশিংনা শামগদৌরিবনিদা, অফ ৬১কবা মীম্ম নেকলুদুনা য়াওরি হাইয়ে।

রণজিৎনা অদুদগী অমুকম্ম নোংশম্লম্মী—

ইমা তোম্বী ঐবুম্ম য়াও হাইরম্মী। অদুদা ঐনা থবক চিনমনথ্রদুনা তোকহৌরবনি।

অদুম্না ভাংনরগা রণজিৎনা টিকেট লৌনবা থোরাং তৌখরে, অদুগা মথোই অতৈনা থবক অমা-অমা তৌবা চংদুনা লীলা য়েংবা নংনবা হোৎনরম্মী।

———— —— ————

# অন্নামাথোই

হুমিদাংবাইরম যৌরবদা চাক-ইশিং লোইরম্বনা রণজিৎ-খোই মমা-মচা মখোই মরি লীলা য়েংবা চংলম্মী। হাওতোম্বীচু রাধাগী মফি-মরোল লৌরগা নিংথিনা শেংহল্লম্মী।

মখোইনা থুংলগা খুাইগী মমাংদা মখোইগীদমক কাইখোম্বুনা থম্বা মফমদা মখোই মরি ফমল্লুরে। কনামত্তনা হাওতোম্বীবু হাওনি হাইনা খংলমদে। মহাক চন্দন থিন্দে হাইবচু মঙাই। তৌইগুম্বস্লং হৌজিক কালদা চন্দন থিনবদি অচুক য়াম্না থৌণানব্রবনিনা মাবু হাওনি হাইনা অমুক হেন্না থল্লমদ্রে।

লৈকাই মচা ময়াম শান্নবা লীলা ওইরবস্লু খীরৈকাই মচা য়াম্না লাক্লুনা য়েংলবনা শং অচু বিক পারম্মী। হাও পাঙল মৈতৈ শুনা য়েংলম্মী। ভাবোক ময়ামচুগা হাইরবদি লীলাচু হুংঙাইফম থোকই হাইবা খাই। অদুগা হুংস্লু হুংঙাইরম্মী।

নিমাই-সন্ন্যাস লীলা হৌগংলকপদা নিমাইনা অঙাং ওইরিবৈগী লীলা মতেক অমা উৎলম্মী।

মচা নিমাইবু লুনা তৌবা মতাং অহুদা মখোইনিনা ঙাংনবা য়াম্ব তাবগা রাধাগী থম্মোইদা রণজিৎনা অঙাং ওইরিবৈদা তৌখিবা থবক শিং অহু নিংশিংলম্মী। মরম অহুনা মিৎত মপী মতুম-মতুম তান-তানা লীলাগী নিমাইদা অমুক রণজিৎকী মাইকৈদা অমুক তোইনা তোইনা য়েংলম্মী। য়েংবদা নিংথিজৈ নিমাই শারিবা অঙাংহুস্ম। তনৌ তনৌবা শক অহুনা মমা ওইবী থিবিকী থম্মোইদা সুংঙাইবগী ইথক অমা ইংহৌহল্লম্মী। পাখং অচৌবা ফারবা মচানিপা রণজিৎপু রাধাগী মমিৎতা লীলাগী নিমাই শারিবা অঙাং মচা অহুগুম্না উরম্মী।

সুংঙাইবগী মতুংদা অরাবা, অরাবগী মতুংদা সুংঙাইবা লাকপগুম রাধাগী নহালমথৈ রারম্বা থমাই অহু শচী শাবী অহুগা নিমাই শাবা হুন্না হৈমনবনা সুংঙাইরম্মী। মহাক লীলাগী শচীনা নোকপগা লোইননা নোক্লম্মী অহুগা মচা রণজিৎপুস্ম নিমাই শারিবা অঙাং অহুনা নোকপগুম্না নোকইনি হাইনা থল্লম্মী। ওস্মোকপনি মীওইবগী রাখল।

মতাং অসি লোইবগা রাধানা হাওতোম্বীদা য়েংলম্মী। হাওতোম্বীদো মপী শিংহন্না লৈরম্মী। রাধানা খল্লম্বদি

মহাক্কুম্না হাওতোম্বীস্থু মথক্লাই মুংঙাইনা নোক্লমগানি অসিনি। মীওইবগী মহৌশানি—মানা মুংঙাইরগা তাইবংপান পুম্বা কনাগী অচৎ-চত্তা অমতা থাক্তবমথৈ মহাক্কী মুংঙাইবহুদা য়াওগনি, অদুগা মহাক্না বারগনা লোইনমক য়াবিনি অসিনি। অদুদা মুংঙাইদুনা নোক্লমগদ্রা থক্লুরগা কপ্তুনা লৈরম্বত্তুদা রাধানা অস্থুম্না হাইরকই—

করিনো ইচে, অসুক য়াম্না মুংঙাইখ্রবা মতাং অসি উরগা নংনা কপলিবদি?

হাওতোম্বীনা ফীজিনা মপী তৈথোক্লগা হাইরকই—

ইবেম্মা, ইচাহু লৈরম্লবদি শচীগা নিমাইগা তৌরিবা মতাং অসি য়াম্না মুংঙাইনা পেম্না নংগুম নোক্কুনা য়েংজ-গদবনি। অদুবু নং-ঐ লাইবক ভিন্নদেদো, অদুনা লীলা ময়েংস্থু মান্নদবনি।

রাধনা অদুম য়েংদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীগী মিত্তগী থোরকপা পী অদু মনিল ওইদুনা সমুদ্রগী ইশিং মনিম্না নোং ওইদুনা নোংদোন অতিয়া কুপথিবগুম রাধাগী মিংলু নোংদোন অদুস্থু কুপ্লম্মী। অদুবু রাধাগী অসিাদ শরৎ ঋতুদা লাইবা লশিং-মফোন মানবা নোংগুম্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা অসুম অসুম শান্নরকপনা লীলাদু নিমাইনা লম্বোইরগা মমুম থাদোকপা অদুগা শচীনা মচা মাংখ্রে হায়দুনা নিমাই-নিমাই হাইনা কৌদুনা তেংথারকপা মতাং য়ৌরকলে।

রারিদনা অরাবনী রারি ওইবদা নত্তনা শচী শারিবী অদুনগা কয়া হৈথরে। অমেংবা মীগী মমিত্তা শচী শারিবনি হাইনা থোকলমদে, নবদ্বীপতা মযুম্মক্তদা শচীনা কপ-লাউবা অদুমক ওইরবোই থম্নহল্লম্মী।

মরম অসিনা ভাবোক থুদিংমক্তা মাগী অরাবদুদা অদুম লুপ্লম্মী। থোইদোক হেল্লোক্তা থম্মোই অমেংবদনা মরল ওইজরিবী নুপীশিংগীদি করি অমুক হাইরুগনি?

রাধাদুম মিত্তগী পী মতুম-মতুম নোংজুথাগী মতৌগুম অতৎপা লৈত্তনা ইহৌ-কয়া শিম্বরম্মী। মামা থল্লম্মী—জগৎকী অবতার অমা ওইরবা নিমাইমক্কী অপোকপী মমা শচীনা অসিগুম্না লাইবক থিবদি মীওইবা করিম্ব লৈত্রবা রাধাগীম্বু থোকলোই হাইনিংঙাই লৈতে।

রাথলসি থম্নবা মুকগুম গুম্মমদে। নিমাই শাবদু

চাওয়বা পাখং অমনি—রণজিৎকুম্না চাওরমলে। মখোই অনিদুগী অবয়ব মূর্ত্তিদা খেন্নবা লৈতে হাইবা য়ারম্মী।

অদুমা রাধানা লীলাদমুক মচানিপা রণজিৎতমুক য়েংদুনা মকোকতা কোকচাওবী ফূং-ফূং কারম্মী অদুগা মিৎলু অনিদগী মপান নাইদ্রবা লীগী ইচেন অমা শিন্থরম্মী। রাধাগী জ্ঞান মাংবা তৌরকলে, শচী দেবীন, লৈমাইথক্তা "হা-নিমাই, হা-নিমাই, ইমাগী নিমাই," হাইনা থরো-থরো ওন্নম্মী, রাধানা মকোক থক্,থক্ নিকপমথৈ য়েং-ওই হাই-জন্নম্মী।

কনাগুম্বা ভাবোকশিংনা কপ্-খোৎপা তৌরগা লোন্না-লোন্না পী তৈথোক্লুনা মীবু খংহল্লোইদোবগী তৌনবা য়াওই। রাধাদি মীনা উখি-লাশখিনি হাইবগী রাখল মচেৎ অমা কাওবা লৈরমন্ত্রে। অদুম ইফোং-ফোংনা শচীগী অরাবদা বাবা য়াওবদু মমুং-মপান চপ-মান্নবা উৎলম্মী।

মমানা তৌরিবা মতৌদু রণজিৎনসু উরমলে। মমৌ ম'ণসু অদুগা হাওতোম্বীস্ত রাধানা তৌরিবা মতৌদু উরম্মী। করিগুম্বা না-য়েকপা মতমদা তৌবা থৌদৌ ওইর-বদি মখোই ময়াম্মক করিনো করিনো হাইনা হাইনগদবনি।

অছবু লীলাগী রসতা লুপ্তুনা তৌরিবমাগে হাইদুনা কনা-মতনা য়েংবদগী হেন্না রাধাদা রা-লাং অমতা হংলমদে।

মণিনা হাওতোম্বীদহুম হংলম্মী—

অবোক' তোম্বী নংদি কদোরে কপত্রবদি? ওসাই মুংঙাইবা মত্তমদদি কপতুনা লৈবদাই?

মোমোন নোক্ত্নুনা হাওতোম্বীনা মণিদা য়েংলম্মী, ঙাইহাক লৈরগা রা হাইরকই -

ঐনা কপ্তববু হাইরিবরা ইবেম্মা?

মানিনে অবোক, মী খ্বাইনা কপ্পবা মতাং অসিদা—হাইবনি?

ইবেম্মা ইনেমদগী লাইবক নত্তে, ঈশ্বরগী মমা শচী-দেবী ফাওবা মচা খাইনবগী অরাবা ফংই—অসি খল্লুবদা ইনেমগী পুক্লিং অসি তপথবা য়াইনে, মুংঙাইবা পোকইনে। অদুননি ইনেম্মা কপ্তবদি।

মণিনা নোককেৎ তৌরগা মনেম অনিদুগী কীতম খল্লুদুনা অম্বুন্না অমুক হাওতো ম্বীদা হাইরকই—

অবোক, মীওইবা হাইবসি পোৎশক অমত্তবু মিৎয়েং

চপ-মাম্নবা য়েংবা ওমদে। মাগী মাগী রাখল মতুং ইমা চংপা য়া ওইরে।

লীলাগী ইচেনম্ন অহুম চেল্লম্মী। অম্মম অম্মম শাম্নরকপনা লীলাছ মতাং কদাই য়োশল্লক্লবগে হায়িববু নিমাইনা লম্বোইরগা মমা শচীদেবী খুরম্বা মতাং অহু য়োরকলে।

মফম-মরাং খংদবমথৈ মচা কাইনবগী মৈনা কম্মা চাক্লনা লৈরবা খম্মোই পুহুনা লৈরম্বী শচীনা মচা নিমাই অমুক হন্না উবা ফংলে হাইহুনা মৈচাক পুম্নমক মুংখিহুনা মুংঙাইরম্বা অহুনা নোল্ল-নোল্লহুনা মচা নিমাইবু কোল্লহনা তৌবহু - অহু উবদ' রাধাগী খম্মোই মম্নুং তাম্না শচীদেবীগী মুংঙাইবহু কাওরম্মী মহুগী খুদমদি রাধাগী মচিনবান্দা য়াম্না তাংনা ফংলবা মনোক-মোমোন অমতং উবা ফংলম্মী। রাধানা খঙরম্মী— রণজিৎপু মাগী মখুত্তগী মুনপ্রবম্ন অমুক হল্লক্লনা 'ইমা, ঐ লাক্লে' হাইরগনিকো হাইনা।

ওম্বোকপনি।

নোংপোক্তা মুমিং থোল্লগা নো'চুপ্তা অহুগা নোংচুপ্তা থোল্লগা নোংপোক্তা উবা ফংদবগুম রাধাগী মচিনবান্দা

মুন্নিং থোকপগুম্না মোমোন-মোকপা মনোক অমনা ঙাম্নগা হাওজোম্বীগী মাইথোংদা নোংনা কুম্নগুম পীনা থম্নবা মিৎলু অনিছুগী মতেং খ্রুক-খ্রুক কংলবা চিন্নবাম্না পাংলম্মী।

হে অমম্-অঙাল! অনিনা অমতা ওইবা, ফজেদা নখোইনিগী লীলা! নখোইনিগী মশক তাকপদা থোর্জে পাইবা ওম্বা কবি অহুগা তুরি হাইবা ওম্বা লাইয়েকপহু মপোক মহৈ য়ানজরবনি।

মণিনা মহু পুম্নমক উরম্মী মপুক্লিংদা লোইনমক হানজম্নম্মী, লৌশিং মৈ ইক্লম্মী।

রণজিৎস্থ উরম্মী। মানা নিংবা থুংলম্মী। মমা রাধানা মাগা কাইনগনি হাইছুনা দিবানিশিদা থম্নুনা লৈরিবহু ভগবান-না তমখ্রবদা মীনা থিংবা ওম্বা নত্তে—অছুনদি রারুছুনা কাম্নদে হাইবা রাখল অসি মমা রাধাগী পুক্লিংদা শোইদনা থম্নরিনি হাইনা নিংলম্মী।

কপ্পা-নোকপা, নোকপা-কপ্পা, রাধা—হাওতোম্বী, হাওতোম্বী—রাধা। ফজনা শিন্নম্মীদা মীওইবগী পুন্সি!

অসুম হাইনা থম্নছুনা রণজিৎনা লীলা লোইরবদা মখোই ময়ামগা লোইনছুনা মযুম হম্নক্লম্মী।

হন্না

য়ুম য়োরগা রাধাগা হাওতোম্বীগা মাজোন্দা খোং-খুং হায়-হায় রারি শারম্বী। হাওতোম্বীনা হাইরকই—

ইবেম্মা, নং ঐনা বারুহুনা কাম্নদে, লাইনা তম্বনি।

রাধানা খুম্নকই—

ইচে, চুম্বীদা। শচীনা মচা নিমাইবু কয়া লুনা তৌজখ্রবা। অম্নবু তমখিরবা মতম্মা পং থক্তুনা নিমাইবু পুহুনা চংথি। ঐখোইম্নু অহু মঙাই। ইচে নংনা হাই-গুম্না বারুহুনা কাম্নদে!

মখোই অমি অম্নম্না হাইনরগা মাগী মাগী মফমদা তুম্বা চংনখ্রে।

---

তম্বানিখোই

তুমিং মরি-মঙানি চংখরে।

অতোপী তুংদা নোংমা কৃষ্ণচন্দ্রনা মমাকনিপা রণজিৎপুমী খারগতুনা কোরম্মা। রণজিৎন্নু মকুবোকী মনাক তাম্না

চংহুনা থুংলুই। মহাক্না ক্ষমহুনা ঙাইহাক লৈরবা তুংরা কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—

ইবুংঙো, ইকু থরাই য়াম্না মুংঙাইরে, নংনা অহল-লমলগী মথোং-মরি থিরি হাইবসি ওঙ্গোক্না মুংঙাইথরে! অহবু পারা কদাই য়ৌরে?

করি খুম্নি হাইবা মকম থংলমদে। করিমতা মকম থংদে হাইরবস্থ নাহনা লৈরিবা মকুবোকতুগী থরাই মুংঙাইরোটদৌরি। মানদি কোইথি থিবদি তৌজরবস্থ লংলা-লংজিল অমফাও ফংবা লৈত্রি। অওইবা ঙাংলুরবস্থ মকুবোকী অমাবা হেনজনগদৌরি। মীনম্বা ওইরবস্থ মকু-বোকী মুংঙাইনবা হাইহনা অম্বম্না শেম-শাহনা খুম্নমী—

পারা তংথাই অমা য়ৌশিন্নরে। থর লৈয়গদি ফংগল্লা হাইনা নিংঙৈজে।

মাগী পাওখুম আস তাবদা য়াম্না জুংঙাইরম্মী, মাগী আশা থুংজগনি হাইনা নিংথংলম্মী। অহুমা অম্ম্মা চাইরম্মী- -

কম্না থিজিল্লু।

অসি হাইরগা মাগী মুগী পম্নানা ওনশিন্নহুনা হাইরকই —

ইয়া

নকুনা হাইরিবসি চুম্মি ইবুংঙো। অহুক য়ায়া চাওবা অওবা অমা ওইনা লৈরগা মীনা পীতৎ-পাতৎপা মচানি হাইদুনা থিনা ভাংনবহু ইনেমখোইদি তাম্বা ঙমদে।

মখোই অনিগী চাওখোকচনিংবা পুকচেল অদু উবদা রণজিৎনা করিস্থ খল্লমদে। পীতৎ-পাতৎপা মচা অমনা নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াই হাইবদি রণজিৎনা খংদবা নত্তে। অদুম ওইনমক মখোইগী মতৌদুদা মানা হুরাওবসু তৌরমদে, শাওবসু তৌরমদে।

খোইনা মখোইগী রাতা অদুনা থৌগৎপসু কংলমদে। করিনা হৌজিক ফাওবা লংলা-লংজিন অমা ফাওবা কংবা ঙমদ্রি। থৌগৎপদনা কায়বা নত্তে। লংলা-লংজিন পিবা ঙম্বা অদুতনা মাবু থৌগৎপা য়াগদবনি। অদুমকপু মনেম-মকুগী থরাই রাহল্লুদুনা কামদে খল্লুনা অস্থুম্বা হাইরম্মী—

য়ায়া সুংঙাইজয়ে ইকুবোকখোইগী রা তাবদা। মকম-মরাং খংদবা মচা অমনি হাইদুনা কনামতনা ঐবু ব্যবহার তৌবিরোইদৌবনি। অদুমরা ঐনা কম্মা থিবা লাক্কজরিবনি।

কৃষ্ণচন্দ্রদু মমাকনিপাকী রা তাবদা সুংঙাইদ্রবসু মশাদু

ওমদবা মহৎমা হেঃ হোঃ হাইহুনা নাহেহনা ভাইহাক লৈরম্মী। পম্মানা মপুরোইবগী মশা মাল-নাম্নুনা নাহেরিবহু ভা-য়েংলম্মী। রণজিৎসু নাহেরিবা মকুবোক্তা মুম্না য়েংহুনা শকফম হুনজন্না কম্লম্মী।

মতম তাঞ্জা অসিদা মণিনা হাখু-হাখু চংলকুনা চিঠি অমা রণজিৎতা পিরে।

চিঠি অহু মণিদি পারহনা মরোল খংলহনা হাইরকই—বা পুম্বা হাওতোম্বীদা লৈরে। মা উনরগা থবক লোইনা থোকনি।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পম্মাগমা 'হাঃ করি হাইবা' হাইরগা হাইরকই—পাও, পাও চিঠিহু, অহুক তাসি।

রণজিৎনা চিঠি অহু ফাকৃতোক্নুনা তফিং-তফিং পারম্মী, মনেম-মকুসু তফিং-তফিং ভারম্মী। মণিনা মুংশা-মপী ফী-ফী কামহুনা লেপহুনা মখোইনা তৌরিবা মভৌহু য়েংলম্মী।

চিঠি মরোলদি :—

ইবুংঙো রণজিৎ,

নংনা রানা থিবদা কম্নিমতা কংদ্রবা মাল্লে। নংনা

পলেম-পম্বো অনিগী মথোং-মরি থিরি হাইনা তাথা কুইরে। অহুবু নংগী বিচারপতিগী বুদ্ধিনা থোকপা শুম্বরা য়েংগে হাইনা মশম অম্বক কুইবসি ভাইরকপনি। নংনা থিত্র-ৱৈনা নহাল-মা তাক্লগদবন। অহুবু রাধানা অমদি মেঘচন্দ্রনা বাগনি থনবদগী তাক্কবনি। মরোল পুম্নমক খংগে হাইরবদি হাওতোম্বীবু চপচুনা হংউ। মহাক্না তাকউ য়াত্রবদি নংগী উপায় দৈত্ত্রে।

নংবু মত্তেং পাংবা মী অমা।

চিঠি অসি হেক তাবদা কৃষ্ণচন্দ্র অহু আশাগী উকৈ-থক্তা তোংলম্মী। অহুনা তকিং-তকিং হাইরকই—

থিল্লে হৌজিকমক। চংলু, হাওতোম্বীহু থিউ। মচাক ফংলগা বা পুম্নমক খংলগনি।

হাওতোম্বীনা শোইদনা খংলমগনি হাইনা কৃষ্ণচন্দ্রনা লৌরিবা করিগীনো? কমাওম্বা অমনা রণজিৎপু লংনগে হাইহুনা তৌরম্নবদি করম তৌগনি হাইবা মহাক খল্লুবা ওম্নমদে। চিঠি মরোল তাবদগী হেক্তা হাইরম্মী হাও-তোম্বী ফংলগা বা পুম্নমক খংগনি। মানা খংলমত্রবদি খংই হাইবু হাইদবা য়াদে হাইহুনা থানাগী রাহংদৌনা

কুহুনা হংগদম্না ? হাওতোম্বীনা রণজিৎকী মপা-মমাগী বা খংগনি হাইবসিবু চিঠি অসি নত্তনা অতৈ করিমা লৈরি হাইনগা মশাক খঙ্দবা করিগীনো ?

খংনিংবগী ময়াইনা থুংলবা উপায় অমবু থাইদগী অথোইবা শোইদবা উপায়নি হাইনা লৌবদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা চিঠি অহুবু য়ায়া কয়া থাজরম্মী।

পম্নাস্থ চিঠিগী য়াহু মপুরোইবদোনা য়ায়া কয়া থাজরম্মী। অহুনা অম্বয়া হাইরকই—

হাওতোম্বীগী মমুম খংদয়া নথোইদি ?

রণজিৎনা খংই হাইরম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্র অহু সুংঙাইবনা লোইরমলে। মহাক্না মারম্বদি মমাকনিপাগীদমকনি। অহুনা মানা নিংবা শোইদনা থুংলগনি হাইবদগী সুংঙাইখিবনা মশাহু শোল্লি হাইবা কাউখরে, অনাবা ফরহুনা অবনবা অমঙুম্না ভোঁরকলে। হাওতোম্বীবু থিরুনবা রণজিৎতবু থাম্রগা পাও তাগে হাইনা ঙাইহুনা লৈবগা পাম্মমদরে। ঙাই-ঙমজহুনা ফমুংদা হৌ-গত্তুনা ফম্নণা হাইরকই—

চৎসি থিম্রস্থ। ঐস্থ য়াওনা নথোইদা য়ৌরসি।

ইদা।

অসি হাইহুনা পম্মাদা কীরোল পুথোক্লকথা য়াথং থারম্মী। পম্মান্সু থামৃগে-লাক্কে নিংলমদরে। মানা হেন্না খৌরাংলমলে। মখোই অনিমক চত্তুনা মেমচন্দ্রগা য়াথাগা হৌরগা তাওতোম্বীবু থিবা চংনিংলমলে। মরম অসিনা মপুরোইবনা হাইরকপগা ফুক হৌগত্তুনা কীরোল পুথোরক্লে, মগাকন্সু মফী-মরোল হোংলুরে।

অসুম তৌদুনা মখোই মরি থুনা য়াংনা রণজিৎ-খোইগী য়ুম পাংলকলে।

---

## ভরাহুমদোই

মখোইময়াম হাথু-হাথু লাক্লম্মী। য়াথল অমনা মখোই পুম্নমক মুনথিবনা লম্বেল তেন্না থোকথিরম্মী। পরপ-পরপ লাক্লুনা রণজিৎখোইগী মাঙ্গোল-চিদাই হেক য়োৌবদা কাংদনা চক্লুদুনা বা ফংলম্মী ফীদা থাদুনা চায়না কৌশল-লাকশনগে হাইরমদে। এহাক্না হংবদি অম্মুম্না হংলম্মী—

করিগীদো ময়াম 'হাথু-হাথু মুংশা থমহোনলমথে' তৌরিবসিবো ?

কনামত্তা বা ঙাংলমদে, রণজিৎত্তনা মর্মাদা ওনশম্লুনা হাইরকই—

মণিনা পুরকপা চিঠি অসিগী মরোল' খংলবরা ইমাদি ?

খংলে।

অদুদি ইমা হাওতোম্বীমু কৌদুনা বা হংবা ছুমজা ?

লম্নাই ওইনরা, বিচারশক্তি ওইনরা ?

লম্নাই ওইনা কৌগদবনি ইমা।

রণজিৎকী পাওথুমদু মকুবোক কৃষ্ণচন্দ্রদি তাবদা পেল্লমদে, অহনা অপুম্না হাইরকই—

করিগী লম্নাই ওইনা হংলুনি। দারোগা থাদুনা ইনরবা মফমদগী ফাদুনা হৌজিকমক পুরক্লবা তৌগদবনি।

মাগী য়াম্লবা খোন্দা অসি কনাগুম্বা অমতনা খোইদোক-হেন্দোক্লা রণজিৎ-মমাগী নাকোংদা নোংমৈ-শিংজংনা থাক্লক-পগুম খোক্লম্মী। তমথিরবা বাহৈ ময়ামসি হেক তাবগা রাধানা খুক্লম্মী—

মহম্না তমথিনা তৌবা য়াঁবা হাওত্তোম্বী নত্তে মাদি।

# ইবা

লাইব্ররী অয়াবা থংবা, কপ্পা মন্তম্দা কপমিন্নরিবী ইচেনি। হাও ওইনা পোক্লবস্থ ঐগীদি পোকমিন্নবী ইচেঙম, রণজিৎ-কীদি অয়োকপী মমাগুম্ লৈজরিবী মুপীনি। মচুসগা তৌ-য়াপোক্তে ইমাই-বুংঙো। নকুবোক্লা য়াত্রগা মরম্মাই ওইনা থানাদা তাকচরুশন্নু। নংদি য়াদে।

পূকচেল চাওবী রাধাগী রা মুন্না তারম্মী কৃষ্ণচন্দ্রন্থু অচুগা মাপল তৌরম্বা ক্ষনজরম্বা অচুনা ইকাইমনখিচুনা মরু লুকথচুনা ঙাইহাক লৈরম্মী। কনামত্তা রা ঙাংনরমদে, ঙাইহাক অচু উন্-বাইমুক চিকলম্মী। অচুদগী ইকাইথাংদগী কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—

করম তৌনা কৌগনি অচুদি ইবেম্মা রাধা? চেল্লাক-প্রবদি করম তৌ-নি?

রাধানা মোমোন নোক্লুনা খুম্লকই –

মহাক্লবু রাকম অসি থংলবদবু নহালমখৈ করিগী তাকলোই? ঐখোইগী কাদবু মানা তুমিন্না লৈবিগদরা, করিগীম্ম চেলগনি?

রণজিৎনা অচুদগী খুম্লকই—

মহাক্কবু চেনশ্রবদি দারোগা থাহুনা ফাবদা ঐখোইগী দোষ লৈত্রে। চেন্সিন্দ্রিঙৈ অসিদবু হাইবনি!

ঋাধাহু তুমিন্না অহুম লৈরম্মী, কম্বিমতা খুম্নমদে। মতম অসিদা মেঘচন্দ্রহু থোরক্লম্মী অহুগা মখোই ময়াম্না ঙাংনরমলিবা ঋাহু লোইনা তারম্মী। ঙসাইমখৈ কম্বিমতা ঙাংদনা লৈরম্বদগী মতাং অসি য়ৌরক্লবহুদা বা ঙাংবা হৌরকই অহুগা অম্মুম্না হাইরকই—

কম্বিদৌমা হাওতোম্বীগীদমক অতুক য়াম্না ঋানা থম্ন-ম্নিবনো? মহাক হয়েং কোইবকনি হাইরম্মী। হয়েং ফাওবদি ঙাইখো। লাক্লুগা ইপা চত্তনা কৌকগে। মহাক্কি লংথবান্দা লৈবনি. ইনক-নকপনি! কম্বিন্থু ঋাবা মক্তে!

ইংনা তপ্না মেঘচন্দ্রনা হাইরকপা ঋাহু রণজিৎতি য়ানিংলম্মী। কম্বিনা— হাওতোম্বীদি নিত্তিমক্কী মত্রবম্নু তোইনা তোইনা লাকপনি। ঙসি নত্রে হয়েং হয়েং নত্রে হংচিং শোইদনা লাকপা য়াম্নিবনি। অসি পুম্নমক থংবনিনা রণজিৎনা মপাগী ঋাহু লোইনা য়ানিংলম্মী। অহুনা মকু-বোকলোমদা য়েংলগা হাইরকই —

ঊঈম্মা।

ফরে, মহুম তৌরবা হাইহনি ইকুবোকপু, পাজিমা হাইরিবা অসিনা খাইদগী ফবসি হাইনা খল্লি।

য়াম্মা থুনা হাওতোম্নীদা রা হংবহ্ন কৃষ্ণচন্দ্রদি পাম-জবনি। মরমহনা ফমুংদগী হৌগজুনা মেঘচন্দ্রগী মুম তাম্না রানা রানা লাকপানি। মখোই মপা-মচাগী থোদো অহ্ন উরগদি মানা নিংলম্বহ্ন কাইবা তারে। মশানা চাওথোকপম্ন হৈজবা শাওবম্ন হৈজবনিনা কৃষ্ণচন্দ্রনা নাপল-না মাংওই-নরহুনা অম্নমা হাইরকই—

মেঘ, নংনা করি থংই, বিচারগী রা নংনা করিম্ন থংবা নত্তে। ঐনা হাইরিবসি তৌ। নচানা নংবু কীবদগী নংগী রাহ্ন য়ারিবনি। নত্রবদি ঐনা হাইরিবসি মহাক শোইদনা তৌগদবনি। নখোইনা থংবা নত্তে মেঘচন্দ্র।

রা ময়াম অসি তাবদা মেঘচন্দ্রদা নত্তনা রণজিৎ ফাওবা শাওফম থোকই। অহবু মেঘচন্দ্রদি করিমতা খুমলমদে মানা খুনত্রিউৈগী মমাংদা রণজিৎনা রাহ্ন তাপ ওক্লুনা হাইরকই—

ইকুবোকতা হাইজরিবসিনি। মচাগী মমাংদা মপাবু

ইকাইবা "শীবদি" মচাগী থম্মোইনা ভাকপা ওমদে। অহুবু ইকুবোক ওইরম্বগী তুমিন লৈরবনি।

মীগী মপাবু থীনা চৈরবগীদমক খোন অশাবা তাবগী হৌনবা কৃষ্ণচন্দ্র অহু বাদি ভাংত্রেগা মমাইদি ফুং-ফুং লাউনা ইচপ্‌মুক ভাংলম্মী। মেঘচন্দ্রনা মচাগী কল্লপ থাবা বাহৈ-শিংহু তারগা থামজল্লহুনা হাইরকই—

ইবুংঙো, তুমিন্না লৈয়ু, অহুক য়াম্না হাব হৌনদে। অময়োমদা নংদি লাইরিক হৈবনি অহুগা অমুকম্ম বিচার-পতি অমনি। অহুম্নদি ওইরগা নং অসে লাইরবা মমা-মপানা পোকপা অহুগা লাইরবা মমা-মপানা য়োকপা মচানি। লাইরবগী মীংশোন অমদা তেস্‌কুস্‌ হাইদবা পুকচেল অহু মতম পুম্নমক্তা উৎকদবনি।

কৃষ্ণচন্দ্র অহু শাওবা তম্বরমদে। মেঘচন্দ্রগী বা অসি মচেক্না য়ৈরগা ময়ানা থাবা হাইবহু ওইরম্মী। অহুনা মাগী মুপী পদ্মাদা কৃষ্ণচন্দ্রনা অস্মুম্না হায়রকই—

পদ্মা মখোইনা থোকপা তৌজহৌরশন্থু, ঐখোইদি চংসি লাকলো। অসি হাইহুনা মখোই অমি চংকে হাইহুনা মমাই ওম্মোরকপদা শম্‌ অমা মনমদা পোরহুনা হাওতোখীহু

ইম্মা

লাক্লম্মী। ঈশৈ অমা শক্লা শক্লা চংলক্লম্মী। মাগী চিনুরান অনিহ মোমোন মোমোন তৌরম্মী। মথম্মাই য়্লায়া সুংঙাইরম্বা মতৌ ওইনা তৌরম্মী। মা চংলকপা উবগা মেঘচন্দ্রনা হাইরকই

আঃ, লাক্লুম লাক্লে।

অদুদগী কৃষ্ণচন্দ্র মতৈ মনাও অমুক হন্নম্নুনা ঙাইহনা লৈরে। মখোইমক্তি অদুম চৎলগে তৌরম্মী। অদুদা মেঘ-চন্দ্রনা খাম্লম্মী।

হাওতোম্বীনা শক্লকপা ইশৈঙ্গু মৈতৈরোন্দনি। অদুনা মখোই লোইনমক অর্থ লৌবা ওম্লম্মী। ইশৈদি অসিনি:—

খুৎশেম্মা অমনি লাইশেম্মা অমনি

করিস্নু মাম্নবা নত্তে।

খোইনদি খেম্নদে লোইনদি মাম্নদে

মাম্নবস্নু ঙম্বা নত্তে।

য়ানা ফংনি খন্নবা ফংলোইদরা নিংবা

ইলাইবু লাইনা ফংবনি।

তাম্লগদা ফংবরা তাম্রবদি ফংদরা

তমগ্রবদি হেক ফংবনি।

ময়াম্ন অহুনা মাবু তাইহুনা লৈরম্মী, ইশৈংহু আরম্মী। মখোই ময়ামহুগী মিৎ ময়ামহু হাওতোম্বীবু চাখোকফমথে য়েংহুনা লৈরম্মী। মাগী ইশৈংহু তাহুনম্ব ইশৈংদা কনাম্ব অমত্তা পুক্লিং চংলম্বা নত্তে। অহুবু মানা য়োৱকপগা রাধারোমদা ওনশন্থুনা হাইরম্মী—

ইশৈং হুংতাইবরা ?

কনাম্ব করিস্থ খুমদে। মহাকম্ম অহুম জুরিদা চপ লেপহুনা লৈরম্মী। মাগী পাওখুম পিগনি হাইবগী করিমত্তা থোশাবা লৈতবমথে রণজিৎনা খুদক অহুমক্তদা মখুৎ লোন্নরহুনা খুরু-খুত্নপ শানা কুপ্লগা খুরম্মী। মহাকী মমিত্তা হাওতোম্বীবু মালেমগী মীনি হাইনা থল্লমদে, লাইরৈপাক্কী কুমথরকপা দেবী অমা ওইনা মমিত্তা উরম্মী, অহুনা থংহোদনা মহাক্কী খম্মোই-হুংদগী অরৈবা ভক্তিগী ইকুৎ-মথে লোইনা ফুদোক্লম্মী। য়াম্না ভক্তি লৈনা হাওতোম্বীদা হাইজরকই -

ইমা শক্লবী! পিক্লিতৈদগী লোইনরকলবনি! হাইবিউ, ঐগী ইমা ইপা কদাইদা লৈবগে ?

থংহোদে, মাগী রাহং মাগী মতৌ অসি উবদা

ইমা।

হাওতোম্বীগী মমিত্তা নোংচুপাদা লাইজ শানা ইহৌরকপা। মদা থুগেলশুম শীগী ইমা শিহৈরম্বী। অদুগা অহুম্বা হংলকই—

সুংশিদা ইচাদি। কনানা হাই ঐনা অহূ হাইবা ওমগনি হাইবদি?

মাহৎ অসি তাবদা কৃষ্ণচন্দ্রহ চিংনরকলে— হাওতোম্বীনা মচিন লোংখিবা তারে হাইনা। মরম অসিনা থুনমক হাইরকই —

হওগুবীসিগা, হাইয়ু হাইরগা হেক্ক মহাইয়ু। মানমুক মা হুং-লাক্কুনা তৌরিবসিবো। মীনা ভক্তি তৌনা ইরেঙনা হাইরিবৈদা য়াত্রবদি য়োহিসং চন্দুনা জেলদা লৈবা পাম্বরা?

মাগী অয়াকপা খোল অসিমা তাশোল ওইরম্বদি হাওতোম্বীদদা নঙে মাধাদস্মনি। মাধানা তাবগা হেক থুমগে তৌরকই। মতুদা হাওতোম্বীনা খুৎ হত্থুনা থাম্লম্মী অদুগা অস্থুম্বা কৃষ্ণচন্দ্ররোমদা হাইরম্মী—

হে অভম্বা, অয়াকপা খোল অহূ পোকপদগী য়াও-রকপরা, অভম্বা ওইবৈদগীরা? নংদি হৌজিক্তি বিচারপতি ওইবা তোকলে, করি মতিক লৈত্থনা ঐতোন্দগী মা নমত্থনা

লোথোকনি ? চাওথোকচগনু চাং তাজগনি। নবুংঙো অসিনা ঐঙোন্দা চংশিনবসি উরবরা ? নং ঐগীতগী নত্তে, লৈবাক পুম্নমক্কী নবুংঙোনি। অদুমকপু কৰিন্ন লৈরবী হাওহুবী ঐঙোন্দা নো-লুকনা বা তাংলিবসি উরবরা ?

কৃষ্ণচন্দ্রগী চোঙগী মশিং নাইরমদয়ে। মহাক্কী মথাথোংবনি খনবা মী ময়ামশিংগী মমাংদা অমুকন্না হাওতোখীনা ইলাই-লাইনা পাইথোকখয়ে। অসিদা পু-থাংবা ভমত্রত্থনা চপ-মান্নবা ওনশন্দুনা খংনগে নিংলম্মী অদুগা রা হাইগদবগী মচিন কাংবা হৌরম্মী। অদুবু হেক হৌরকপদা মেঘচন্দ্রনা থামজল্লম্মী অদুগা হাইরম্মী—

খরা তপথবিয়ু, মুপীমচা অমগা চিন্দা-পোন্দানত্থনা খংনৈ হাইবসি অত্তুক য়ায়া লেস্বা নত্তে।

মাগী রাসি তাবদা হন্থরম্মী। অদুদগী রণজিৎমা তোখীদুা চিঠিগী মরোল হাইরম্মী, অদুদগী খংবনি হাইরম্মী।

রণজিৎকী মরোল তারবা তুংদা হাওতোখীনা মাগী মকোকতা নাল্ল-নালত্থনা হাইখ্রকই—

ইবুংঙো, নংগী মরিদা লাকপা চিঠি পুম্নমক ঐনা ইবনি।

ইমা

ইমাশকপী, নহালমখৈ হাইদবদি করিমীনো ?

ইবুংঙো, নমা রাধানা মথরাই রাধনি হাইদুনা মা অমতা তাকথোক্তবনি। তৌদবা য়াদবা কালদলা তাকপনি। হৌজিকসু তাকলিবসি নহাক্না চাদ-থক্তনা অহল-লমন থিবা ঊবহৃদা ঐমা দুংঙাইত্রহনা চিঠি অমু পীখিবনি।

ঐবু পোকপা পম্মৌদি কদাইদা লৈ ইমাশকপী ?

লাইরৈপাক্তা লৈখয়ে ইবুংঙো।

পাওখুম অসি তাবদা মণজিংকী মশা পুম্নমক মুহা-য়াবদা পৃথী পুম্বা নিকপদৌনা থক্-থক্ নিক্লম্মী। মথা হংনিংলমদরে। মমাসু লাইরৈপাক তাম্না চৎলম্লবদি। মহুৎ মাহু মনাকোংদা চংহনবগী থৌনা মচেৎ অমা কাওবা লৈরয়োই হাইনা থম্লকই। মপী কম্না তারম্মী। পলেম-মমাগী বাবু হংশিন্না হংহুশিন্না হাইনা থনবনা দুং অনিগী মরক্তা হা ওনবগুম্লম্মী। অদুবু থৌনা লৈজবা পুম্নমক খোমজম্লগা হংগে হাইনা মপী তৈথোকপা হৌরকলে। অহুদগী মথোন ভনিক-ভনিক্না হংলকই—

পলেম ইমাদি লৈরিবরা ?

লৈরি।

নৈনি। নৈনি হাইবা ঐবু পোকপী পলেমবু।
নৈনি ইবুংঙো নৈনি। অদুবু.........
করিনৌরবা ?

মহাক পাক থোক্লকলোই, মতম চানা লাকনি।

কদিদা পলেমনা লোৎপ্রিবনো, ইমাশকপী ?

মোকখেং তৌনা হাওজোবীদ্ব নোক্লম্মী। অদুগা হাইরকই—

ইবুংঙো, বাম্মী য়ান্না শাংই। ঐ লিগে তাও!
হাইবিদু ইমা।

মথোই অমিনা তাংনবসি চাবদা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা অনিদু মথোইগা লোইননা নৌ মতুম-মতুম শিন্দ্রম্মী। অদুগা মথোই লোইনমক মুংঙাইবা ইহৈন অমনা থং-থং য়ৈরম্মী।

মহালমথৈ রণজিংকী মপা-মমা থাকৈশোংবা লাক্কুম্না রণজিংপু পুগে হাইরববদি হাইনা রাধাথোইনা বাঙবদু ওসিদি ইথং থংহৌদনা মতুগী বাখলদু কোকখিরম্মী। রাধাসা থন্নবদি রণজিংকী মমা অপোকপীদু লাক্কুরা মমা-মচা উনবগী

ইমা

সুংঙাইবছু কংবা পাম্লগী। মানঙুম পুনা থংনিংলকলে।
অহুনা মীছুন তিং-তিং তৌংহুনা ঙাইহুনা লৈরগী।

হাওতোম্বীনা রণজিৎতা য়েংল-য়েংলহুনা য়াম্না লিথবা হৌরকলে। অমুম্না হাইরকই—

ইবুংঙো, মংবু পোকপা পম্নোমদি ময়াম্বা লেপ্পলিবা— মসীদি নবুদ্বীপ—কৃষ্ণচন্দ্র হাইবসিগী মনাওনিপা পৌরহরিনা হাংতুনা শিথিবনি হাইনে নমানা।

কৃষ্ণচন্দ্র অহু লৈবা য়ারক্লে, মমাই ইচপমুক ঙাংলক্লে। মতম কুইনা কাওখ্রবা বাবু ইনৌ-মৌনা হৌদোক্লকপা অসিদা হাওতোম্বীদা শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী! মহাক্না থম্নগী, করম্না হাওবুবী অসিনা মহাকপু মীমাং কমহল্লিবনো হাইনা। শাওনিংবনে ইকাইবনে অনি য়াম্নহুনা খংলাও লাওরকই—

করি পাপী হাওবুবীসিগা।
রণজিৎনা ইতপ্-তপ্না হাইরকই—
ইকুবোকপু য়া লোইমা অমুক্তা ঙাজথিগে।
অহুদগী হাওতোম্বীদা শনশন্দুনা হাইরকই—
মথা করম তৌরবা ইমা শকপী?

ইমা

ইবুংঙো, নংগী পলেমগী মফমদা মগুবা লম্বী চংপা ময়ানবা হাইদুনা গৌরহরিগা নকুযোকা অনিনা নমাবু কীহন্দুনা মখোইগী য়ুম অমদা থম্মী।

কৃষ্ণচন্দ্রগা পদ্মাগা অনিমক হাওতোম্বীবু মশক থংলকলে। অদুনা মখোই অমত্তা মচিন কাংবা ওয়মদয়ে, তুমিন্না কিরি থোক্লগদবা হাইদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। হাওতোম্বীনা হাইথরকই –

অদুদগী ইবুংঙো নপাবু লাইয়ৈ চৎনুনা শিবনি হাইনা লৈকাইদা শন্দোকলে। লৈকাইগী কনাগুম্বনা ঙসাইদা লৈরম্ববু হাইনা হাইবদগী হেন্না কৃষ্ণচন্দ্রবু কীবদগী য়া বাংথোকপা ওয়মদে।

রাহু তাবদা রণজিৎনা মমিৎ শংত্রিক শংনা মকুযোক-লোমদা য়েংলগা হাওতোম্বীদা অয়ুক ওনশন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা হংলকই –

অদুদগী ইমা, করম তৌরে?

অদুদগী ইবুংঙো, নমাবু মখোইদা পুরগা নপাগী শোরাংতি মখোইনা শোল্লে। নমাবুনা মীগী থিনা ঙাংনকম ওইনা মখোইগীদা থমলে।

ইমা

মহু ভাবদা রণজিৎকী মমিত্তগী পী তাখিবা মফম থংহৌদে। কপ্পা কপ্পা হাওতোম্বীদা হাইরকই—

ইমা, লিয়ো; অময়া খাক্লগনু।

ইবুংঙো, নমানা বদনাম ফংনা ফংমা নংগী চেংলৌ য়েংহনা অবাবা কোঙাই, ইকাইবা কোঙাই কাওনবা হোৎনরম্মী। নংবুদা চাওনবা য়োক্লগা মতুংদা লমন শিংগে হাইনা নমানা খাংলম্মী।

অহুদগী ইমা, নংদি কপকনু. কপ্পবদি রা তম্বা য়ারোই।

কৈ, ইবুংঙো. ঐ কপলোই নংগী নিংবা থুংনবতা ত্তৌগনি। অহুদগী নোংমা নংবু তুমহনা লৈরিঙৈদা পুথ্রগা হুন্দোকলুয়ে। হল্লক্লগা গৌরহরিনা নমাদা হাইরে। নমাবুনা কীহন্দুনা থনম্মী। নকুবোক্লা উশম্নমদে।

রণজিৎ থরাই পুবা য়ারমদ্রে। ইংনা লৈগে তপকে থল্লম্নি। অম্তুম অম্তুম থল্লুরগা লৈবা য়ারকত্রহনা মনাই নিপা শামুবু কৌরগা হাইরকই—

শামু. ইকুবোকপু থৌরিনা পুন্দুনা থম্মু।

শামুম্থু রণজিৎকী য়াথং লৈপাক তাহনথিদে, থুনমক

কৃষ্ণচন্দ্রবু মখুৎ পুন্নম্মী। কৃষ্ণচন্দ্রগুন্ন করিমত্তা হাইরমদে। অহুদগী মণজিংনা হাওত্তোখীদা হাইরকই—

ইমাশকপী ছুংশিবী, হাইবু করম তৌরে অহুদগী?

নমানা নংবু উদবদা হুংত্তাইখিন্দ্রহুদা গৌরহরিবু খাংনা খিলহত্তুনা অহিংদা হাংলমমলগা উমং-রামংদা হৌজিকফাওবা লোত্তুনা লৈ। কৃষ্ণচন্দ্রনা নপা হাৎপগী বিচারদি খিংলগা মনাওমিপা হাৎপগীদি রায়েনশংদা রাকৎকে মিংই। মশানা বিচারপতি ওইনা ওইনা নমাবু মীহাৎপীনি খংনা খংনা করিমত্তা তৌবা ঙমখিদ্রে।

অহুদি ঐবু পোকপী পালেমদি হৌজিকফাওবা লৈরিদনা?

লৈরি, মতম চানা ফোঙলকনি।

ইমাগী মিংদি করি কৌই?

নমাদি থম্বাল কৌই ইবুংঙো।

কদাইদা লৈ তাকপা ঙমবিগদ্রা ইমাশকপী।

ঙমগনি ইবুংঙো।

করম্বা মতমদা ইনাবু উনবা ফংগদগে খংব্রা?

অহুম্ব খংই ঐ লোইনমক।

অহুদি করম্বা মতমদা?

ইমা

নমাদি নংগী রাশক মতুং ইমা অহুগা রাধাগী যাথং মতুং ইমা লাকনি। মতু নত্রবদি—

রা অসি লোইফাম্ৰিভৈনা রণজিৎনা রাধাগা মেঘচন্দ্রগদা করিগুম্বা অমা নিজবগী মিৎযেংনা য়েংলম্মী। মতু উবদা মেঘচন্দ্রনা রাধারোমদা পিগ্রো হাইবা শকয়েংনা ইঙ্গিত তৌরম্মী। রাধানা মতু পুম্নমক উরহনা হাইরকই

ঐমক্না নংবু ঙাইহাক্তুং উদবদা অম্বুক রারবদা নংগী পলেমদি কম্না রানা লৈরম্লগনি। খুনমক উননবা তৌ।

রাধাগী য়াথং ফংলবদা রণজিৎনা হাওত্তোম্বীদা হাইরকই—

হৌজিক্তি ইমাগী য়াথং ফংলে, ঐগী রাশকপদা মঙাইরে। করম্না শক্লগা ইমানা য়াদৌরিবা?

নমানা পাম্বদি অসিনি –

হায়ু।

নমাদি মীহাৎপীনি, নংনা বিচারপতিনি বিচারপতিনা মীহাৎপী নমাবু কল্লোই হাইনা রাশক্লবদি নমা লাকুকনি হাই ইবুংঙো।

করিগীনো অহুক য়াম্না কনবা রাশকতি?

কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন লৌনবগীদমকনি।

মরাল লৈত্রবী ইমাবু ওৎপগী লমনবু অত্তুরা ?

মানি। নমানা পাম্বদি কৃষ্ণচন্দ্রদা করিমতা তৌদবা। হৌজিক কৃষ্ণচন্দ্রবু পুল্লিবসি থাদোক্লবদি নমানা তারগা য়ায়া মুংঙাইজগনি। কৃষ্ণচন্দ্রনা লৈবাক্কী অওম্বা ওইরগা মচা-মনাও কনগদবগী হোংনবা—অত্তুগা মংনা অচুম্বা লম্বেলগীদমক নমাফাওবা কম্দবা। অত্তুনা কৃষ্ণচন্দ্রবু লমন লৌবা হাইবত্তু নমাগী ওইগনি ইবুংঙো।

চাওতোম্বীগী কল্লবা বাঙ্গৈ অসি তারগা পাখংলত্তুনা রাধানা ইফিং ফিংনা চাইরকই

ইচে তোম্বী, করিনো নংনা হাইরিবদো ?

ইবেম্মা, ঐনা করি তৌবা ঙম্মী ? রণজিৎকী মমানা পাম্বদা হাইবনি। মচাগী ধর্ম্মদি মমানা ঙাকনিংই।

রণজিৎনা মকুবোকপু পুল্লিবত্তু থাদোক্লগী অত্তুদগী পুরোন তরেং মেংনা রাশল্লগা হাইরকই—

ইমাশকপী, পুরোন তরেং পন্দুনা রাশল্লবনি ইমানা নিংবা থুংগনি।

ষাধাগা মেষচন্দ্রগদি বম্ব তাবগা চপ মায়রমম্নে। অদুনা মখোইনিমক চপমান্নবা রাখ্রদুনা হাইরকই –

করিনো ইবুংঙো, নমা লাঞ্জদবীদুবু ?

রণজিৎকী মিংদু অনিদগী পীগী ইরা শিদুরম্মী, মচিনবান্নদি মোমোন নোক্লগা খুমকই –

হৌরকপদা ইমাদো লাম্নমদে। থরাই লৌবগী থরাই পিবা হাইবদুদি তোকপা ময়রোই।

বাহৈ অসি তাবদা মখোই অমুক হেম্না রারম্মী অদুগা হাওতোম্বীদি মোমোন মোমোন তৌরম্মী। অদুদগী রণজিৎনা হাইরকই—

হাইরো ইমা তোম্বী, ঐবু পোকপী পলেমদো কদাইদা চৎলগা ফংগনি ?

ইবুংঙো, নমাগী মকম তাকত্রিবৈদা ঐনা নিংবা অমত্তদি থুংহন্নু। নংনা নিংবদি অমুক য়াম্না থুংহন্নে।

হাইয়্ম ইমাশকপী, ইমা অপোকপী মখে হাইবদনি, নংনা হাইবদ থরাই ফাওবা কংক্কদবান।

অদুদি নমা মীহাৎপীগী মতেং পাংবীনি হাইদুনা ঐবু হাতকড়া চন্দুনা জেলদা থম্মু

ওমোই অহুদি ইমাশকপী।

ওমদবা য়াদে, নহাক বিচারপতিনি।

মমিত্তগী পী শিহুরত্নুনা রণজিৎনা রাশরুমী। অহুদগী ভুমিন্না অহুম লৈথোকখরে। রাধানা হাইরকই।

হাইরোদনা ইচেতোম্বী হৌজিক্তি।

রণজিৎরোমদা ওনশরুমা হাওভোম্বীনা হাইরকই—

মুংশিরবা পারি-ও, নমা-নিংবা নহাক্তা নমা ফংদবা হৌনবরা? নমাদি মমাংদা লেপ্লিবসিনি।

অহু তাবদা রাধানা অফিং-অফাই ওইনা হাইরকই—

ইচে, নচাদা বর পিয়ু, মতম পুম্নমকতা নংবু সেবা তৌবা ঙম্বা হাইনা।

য়ারোই ইবেম্মা; হাওভোম্বীগী খুগ লোইরে। নচা রণজিৎকী রাশক কাইহনগনু।

ইচে-ইচে।

রণজিৎ কপ্পা কপ্পা হায়রকই—

ইমা, ইমা!, নঙ্গা লাপ্লম্বী ইমা! ঐনা য়োবা ওমদনা লাপ্লগে হাইরবোইকো!

ইমাগী ইবুংঙো, খুৎ-পুম্নরো।

ইমা

রণজিৎ য়েংহুনতা লৈরম্মী, অদুদগী হোৎচন্দুনা মমাগী মথোং অনিহু চেজেৎনা কোনশন্দুনা মপীনা মমাগী মথোং শেংদোক্লম্মী অদুগা থরো থরো ওন্দুনা ইমা, ইমা হাইনা কপ্লম্মী।

থম্বালদি থম্মোয়মুংদা কপ্লম্মী অদুগা মচিনবান্দদি মপুংফানা শাংকাইরবা লৈরাংগী মতৌগুম নোক্লম্মী। মচাগী মতৌ ভাইহাক য়েংলগা হাইরকই

পুন্নরোনে ইমাগী ইবুংভো, নংবু ঐনা রাশক অনিনা পুন্নবনিনে। ইমাবুস্ত পুন্নরো!

বিধি বিধাতাগী নোংদম্নি! মমানা মচা চাওবা ভাই-জরকপদি মচাগী মথ্বাই শোকপা থবক পাংথোক্লবগী ওইথরে। রায়েনশং লৈতেংলুবদি মমাগী মরালবু খিনবা রায়েল-কাটি পাইনবা ওইরেকো হাইনা খন্দুনা তপ্না তপ্ন মমাগী মেংলবা খুদাং অনিহু পুন্নহুনা মিংলুদগী তপ্ তপ্ তারকপা মপী মরিক অনিনা বিধিগী সাক্ষী ওইখিরম্মী।

থম্বালদি পোকচমজ মহৈ চাজরে শিরবন্ত পেল্লে হাইনা নোক্না নোক্না মথুৎ পুন্নবা থৌরিহুবু কত্রংগী রক্ষাকবচ শিবগুম্না মপুক্লিংদা খঞ্জরম্মী। রণজিৎকী মনাইনিপা শামুনা

থম্বালবু পুন্থনা থামা তাম্না চৎথরে। রণজিৎকা মাধাগা মমা মচা অনিনা কোমন্থনা ওন-থোইনা কপ্‌ হৌই। মেংহৌরিবা মীপুম খুদিংনা মরৈ-থৎপা থোকখিদে, পীগী ইরাতনা থম্বালদা বিদায় পিখিরম্মী।

---

তরামন্নি

রণজিৎকী ছুটি মুমিৎ লোইরে।

মমা-মচা মাশক্লবন্থ লৈবাক শন্না শন্না থংনথরে। মচি নচি খুদিংদা মথোইনিগী মাদমক তাংনথরে। মায়েল-চুম্বা রণজিৎনি, মমানি হায়ন্থনা কনবিগদৌবা লৈতে; অন্থমরম্বু মমা-মচা মাশক্লখিবনি—অসুম্না চিনবান খুদিংনা মাকোং খুদিংদা তাংনরম্মী।

থন্না অমনা অমুক অসুম্না শোমন্নম্মী—মমাগী হাক্তক অসিদা উয়োক-ল কাক-ল হাইবন্থ শোইদনা থংনগনি। কাকনা মচু অতোবা শংন্থনম্ব থোংলকপা মতমদা কদৌগৈদম্ব উয়োকুম থোংউ য়াবা নত্তে।

রণজিৎতি কয়রা খল্লি ?

মালেম-থক্তা তারকপা মুমিৎতা য়াইবী-থরাই কয়বা খোয়াং-অমৃত ইনবিথিবা মমাগী মকমদা থম্মোই কম্লিংবা নিপা অমদি ওইরমদে। অহুগা মশামকন্না থংই, মমাহু মরাল লৈতে হাইবা য়াট হাইবা। মচা কৌবগী মুংশিহৈবা পুকচেলহু রণজিৎকী করিমত্তা রাংচরমদে।

অমরোমদা মমাবু কন্দুনা মচাগী তৌফম থোকপা—অমরোমদনা অমুক মমানা তৌহল্লিংবা তৌহনা মমাগী য়াপং ইল্লগা মচাগী তৌফম থোকপা।

কবুই কৈওইবা ননিং-নমাং হোত্রোং হো হাইবা দশ'হু রণজিৎকী ওইররে।

- অম্বুরা তৌফম থংদবা কৌবা রাথলগী পাক চাওরবা ইপাকতা তাওফিং তাওফিং লৈবনা লোইদাম থাবুন অমগা মথাই হৌথরে।

নোংমদি।

রাধানা মচাবু কৌরহুনা হাইরকই ইমাগী ইবুংঙো, করি থল্লি? নমাবু কল্লরোইদরা ?

মমাগী রাসি তাবদা করি থুমগদগে হাইবা রণজিৎকী

বুদ্ধিনা লাম-খোংপা ওম্লমদে। তুমিন্না তওক্ তওক্ য়েংহুনা লৈরম্মী।

রাধানা মমিত্তগী পী শিম্বরহুনা মচাগী মকশিল্লবা মাইখোং অহু য়েংহুনা লৈবদা খাংবা ওম্লক্‌হুনা অমুক হন্না হংলকই।

হায়ুনে ইবুংঙো, ইমানা হংবা খুমল্লিববু করি তৌরবগেনে?

ওসিদি রাধাহু বানোম্বা হৌরকলে। মচানা বিচার-পাত্ত ওইবা মুমিত্তগী ওসিফাওবা অসিদা কনামত্তগীদমক বানোম্বা হাইবহু তৌরক্তি। মীনা নোমহুন্দবা নত্তে। মশানা তৌজনিংদবা মরম্ননি।

অহুবু!

জগৎকী চক্র মথক-মথা ওনখরে। রাধা তুমিন্না লৈখা ওম্লক্তরে। রণজিৎকী মমা ওইবগী ওাকম্ন নৎলমদে—থম্বাল অহু রাধাগীদি থরাই ওইনা লৈরক্লবনি।

রণজিৎনা করিমতা খুম্লমদে; তুমিন্না অহুম লৈরম্মী অহুদা অমুকম্ন হন্না রাধানা হংলম্মী—

নংনা করিমতা খুমদববু কন্নরোই হাইরিবন্না ইবুংঙো?

ইমা

মমানা ফুইনা ফুইনা হংজল্লকুবত্তুদা লৈবা য়ায়ক্তহনা রণজিৎনা অম্মুয়া খুল্লকই –

ইমা ঐম্মু খংত্রে। নহায়া বিচার লোইবা য়ায়বনি। অত্তুদা রাশকখিবত্তুনা ইমাত্তু মশা কয়বা রা অমত্তা হাইয়ু হাইবা য়াগনি থাজ্জদবনা ঐম্মু খনজায়ত্তুনা লৈরবনি।

নমাত্তুদি করিস্নু লাল্গে নিংইনা ইমাদি।

মঙোল্দা তৌরবা মীগী ময়াল অত্তুদি ইমানা রাকৎ-লোইদৌরি।

নমানা তৌত্ত্রবস্নু নহাক্লা মচানি, মচানা মমাগীদমক রাকৎপা য়াত্রা। মত্তুস্নু য়ায়স্নু। নংবু পোকপা পল্লেম পম্মৌ হাৎপগী রাদি মচা নহাক্লা পুথোকপদি করিগী য়ায়োই।

রণজিৎ অত্তু রাধাগী আইন- বুদ্ধি অত্তু উবদা যোমোন নোক্লকই। অত্তুগা হাইরকই—

ইমা, ঐনা মত্তুগী রাত্তু পুথোকলুত্তুনা করি কায়গনি? ইপাবু হাৎপা মীত্তুদি শিখরে, মাগী মত্তুং শিন্দুন কনানা দণ্ডি ফংবিগনি?

নমাবু কাত্তুনা পুথিবগী দোষদি করম তৌরবা?

ইমাবু মখোইনা কান্নুনা অল্লাবা পিবন্থদি ইমা মশানা রায়েললশংদা রাকৎচগদবনি। ইমা লৈনা লৈনা ঐনা করি ত্তৌবা ওমগনি?

নংবু লমজাউদা হুন্দোকপন্থগী মরালদি ইবুংঙো?

ঐনা করি তৌগনি, গৌরহরিনা হুন্দোকপনি!

নংবু হুন্দোকলুই হাইবগীদমক নমানা গৌরহরিবু হাংপা নত্তরা?

মানি। অন্থবু—

অন্থবু হাইবদি?

ইমাদি বিচারপতি নত্তে, মথুৎনা আইন শিজিন্নবা য়াদে।

উম্ থংলে ইবুংঙো। নমা—নচা।

অন্থুম্না মখোই অনি য়াবি শারিত্তৈদা জেলদগী চাপরাসী অমা লাক্লম্মী অন্থগা। থম্বালনা রণজিৎপু অমুক্তা উৎসি হাইরকই হাইনা পাও তম্লম্মী।

ওাইহাক লৈরগা রাধাগা মেঘচন্দ্রগা লোইননা রণজিৎ জেলদা মমা উনবা চৎখিরম্মী।

রাধানা থম্বালদা হাইজরম্মী। থম্বালদি করিমত্তা তারমদে। মোমোন মোমোন নোক্লহুনা হাইরকই—

য়াধা অপংবী, শিগদবা ঐনদি য়াত্রহনা মংনা অহুক য়াম্না য়াম্বিবা করিগীনো? শিবা হায়বসি লমন ওইনা তোন্দুনা লৈরবান হাইবা নংস্থু খংলিবনি। মিংচৎ থিবা হাইবসি অরাবনি। রণজিংকী মিংচৎ থিরগা নহাক মুংঙাই-গদ্রা? ঐদি মহু ওম্মোই। অহু পুম্নমকী মথক্তা ঐদি কৃষ্ণচন্দ্রগী মথক্তা লমন থুম্নমদবা য়াদে। নখোই ঐনা নিংবসি কাইহনগন্নু।

অহুদগী রণজিৎপু কৌরগা হাইরকই—

ইমাগী ইবুংঙো, নংবু কৌবদি অতৈ করিগীস্থু নত্তে। ইমাগী বিচার লোইরো হাইগে তৌবনি। অসিদা অস্থুম লৈবসি ইমাদি পামদরে।

ইমা, ইমা।

য়াহৈ অতৈ অমা থোক্লমদে। মমাবু কৌবদগী হেন্না করিমত্তা ঙাংবা ঙম্নমদরে॥

মত্তোহু উরগা থম্বাল-না অমুক হাইরকই—

ইমাগী ইবুংঙো, মুপীগী থম্মোইদগী নিপা ওইবা নখোইগী থম্মোইনা হেন্না কনবা মত্রা। নংনা য়াম্বিবদো অরেম্বনি। অতোপ্পা মীহাৎপা অমগী বিচারবু নংনা

ৱৈখোক্লুনা থম্বগা ? ঐগীদি মমানি হাইদুনরা ? মংদি ইমাগী-দমক লৈবা বিচারপতি নত্তে, মী পুন্সমক্তীনি। মখোই পুন্সমক্তী মনাইনি নংদি। ঐবু নংমা চাম্না ৱোৎলগা মীনা করি হাইগনি ? মংগা ঐগদি হৌজিক বিচারপতিগা আসামীগা লৈরিবা মরিছুনি, ইমা-ইচানি হায়মা খনবা য়াবা মতম নত্তরে। ইবুংঙো, ইমানা নংবু মুংশিবসে ময়েং তাহনগন্নুকো।

'ময়েং তাহনগন্নুকো'—ৱাহৈ অমিসি থম্মুংদা থুং পাল্লম্মী। খোয়াং-অমৃত থকপা ফংলকই হাইবহুঙাই, মমাবু মশক মুমা খংবা ঙমজরক্রবা রণজিৎনি। মমা পোক্তবীবু পোক্তবীনী হাইনা খংবা মুমিত্তগী ঙসি ফাওবা মুংশিবা মচেৎ অমা ফাওবা হন্থরক্রবনি। অদুগুম্বা রণজিৎনা মমা অপোকপীবু মুংশিদবা কদোইঙেদম্ব ওইরম্মোই।

মপাগী ৱাশকপা ঙাক্লবা হাইদুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মপা মুংশিববু মপন্নাই থাহনখিবদি রণজিৎনা পুন্সিগী ফীদমনি হাইনা খঙ্গম্মী। জগৎকী মপু শ্রীরামচন্দ্রনা বনদা চৎজরম্মোই হাইরবদা ফনানা থিংবীগদগে ? অদুবু ৱাশক-কাইবা মপানা নরক কুণ্ডদা ৱৌরুবগী শরুকপুদি মচা কাইনবগী মৈচাক ঙাইহাক ফংলগা থরাই থাবনা হেন্না কৈ হাইবহু শ্রীরামচন্দ্রনা

ইমা

খঙ্গোকথি অছুগা বনদা চংপগী অৱাবদা মত্তনা মপাঘুংগা কাইনবগী মৈচাক অছু থাংহনা মপা মুংশিবগী থোইৱবা খুদম উংথি।

মত্তৌ অমুৱা মুংশিবা মঘুংশি অছু থম্বালনা মচা ৱণজিৎতগী পামজৱম্মী। মসি থংলহনা ৱণজিৎনা খুৱম্মী—

ইমা, ইমাগী ৱাথং শোইদনা ইনজগনি।

মাগী পাওখুম অসি তাবদা ৱাধাগা মেঘচন্দ্ৰগনা 'কৱিনো ৱণজিৎ' হাইনা লাওৱম্মী।

থম্বালনা মুংঙাইবনা মখোল ৱাংনা নোক্লম্মী।

---

তৱামণ্ডা

থম্বালগী বিচার সুমিংনি।

লৈপাক প্ৰজা অপুম্বা কাৱক্লুনা পুমনিন নিনখৱে। কৱি ৱায় তাৱগবা হাইনা থৌৱাংনা ঙাইহনা লৈনৱম্মী।

ৱণজিৎ অছু মমাগী বিচাৱনি হাইবগী মপুক মঘুংদা

য়ায়বয় মপাস্থোংদা অৱাবগী খুদম মচেৎ অমকাওবা উৎলম্মে। মহৌশাগী মতৌঙুম মমাই মকা লায়া মোমোন তৌনা নোকপা মনোক মচা অমনা মচিনবান্দা তোংহনা শাথোহল্লী। অউবা খিবিক্লা ওক্লা য়েংলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা থম্বালবু বিচারগীদমক পুথোরক্লে। মমাবু উবদা রণজিৎকী থম্মোইদা থুক লাওবা অমা তৌরম্মী, অহুবু মহু মপাস্থোংদা উৎতবা ওল্লম্মী।

করিগীম্থ রাদফম থোকই! মমানি, পুন্সি অসিমগী উবা অমুক ফংলরোইদোবনি। অহুম্থ তোক্লে, মমাবু হুংশিদবা জীব কনা অমা লৈরি? রণজিৎনা মমাবু হুংশিবদি শিংনা হুংশিজবদনি, অতৈ-া পংনা হুংশিবনি।

চীং লেম্ম ফম্লহুনা মথুক্তা চেৎনা কলম পাইরম্মী, মমাংদা চে-মুক থনম্মী। অর্জ্জুননা গাণ্ডীব থাদোক্লোই বাশকপওঘনি। মমাংদা লেপ্লিবী হুপী অহুবু য়েংলহুনা হংলকই

হুপী নহাক থম্বাল হাইবহুব?

মানি ঐগ্যা!

ফরিয়াদীম্থ নহাক্কা ওইরি হায়বা চুম্বথা?

চুম্মী ঐগ্যা!

ইমা

আসামীগী নহাক ?

ঐগ্যা ।

আসামীনা ফরিয়াদী ওইবদি হাংলুরিবা মীহুগী কমামত্তা লৈত্রবরা ?

লৈরিনি, অদুবু মখোইনা য়াকংচদবনি।

মখোইনা য়াকংত্রবদি আসামী ওইগদৌরিবা মংগী নখৌ করি লৈ ?

বুদ্ধি চোইরবরা অঙম্বু ?

করিগী ?

শিরিবা মীহুগী মরিমত্তানা চোংথোরকপা চোংথোরক্ত্রবা করি ঙাইকম থোকপগে ? লৈবাকী প্রজা অমবু অমনা হাংলবদি মীওংপা অদুবু কাহুনা য়াযেলশংদা বিচার তৌরগা শাস্তি পিবদি লৈবাক ঙাকপা মীগী মখৌ নত্তরা ? মখোইনা পাও অসি তাত্রিঙৈগীদি তাত্রিঙৈনি. তারবদি মখোইনা ফরিয়াদী ওইহুনা বিচার লৌথংকদবা নত্রা ? অদু ওইরবদি আসামী ঐনা ফরিয়াদী ওইবা ওইদবগী করি অমুক থরফম লৈরিবগে ?

ফরে অদুদি । করিগীদমক হাংলুরিবনো ?

ঐগী ইচা হনদোকপিখিবা অত্থা মমা ওইবগী মুংভাই-ভত্থনা হাংলুবনি ঐগ্যা।

থবাইগী মহুত্তি থবাই ওইগনি হাইবসি খংজ্রা মংদি?

খংই, খংমা খংনা হাংলিবনি।

কদি হাইনিংবা লৈরি?

করিমত্তা লৈজদরে ঐগ্যা।

করিমত্তা হাইররোই? নশা কয়বা বাহৈ অমখাওবা হাইররোই?

লৈথোয়া শাবা ইশা অসিবু কয়বা তুকচয়বা থবক অমত্তা তৌজররোই ঐহাক্তি।

নংগী সাক্ষী কনা কনা লৈরি?

সাক্ষী অমত্তা লৈজদে। সাক্ষী হংবিত্থমা কদি কারণনি, মথোইনা ঐগী থবাই কনবস্তু ওমলোইদোবদা।

নশানা জ্ঞান তানা মীহাংলি হায়বা য়ারবনিমা মত্তিক ওকপা দণ্ড পিবদা নংগী করিস্ন আপত্তি লৈত্রেদনা?

করিমত্তা লৈজদরে ননাই ঐহাকী। ননাই ঐমা মত্তিক ওকপা শাস্তি কংত্রবদি জগৎকী মমাংদা ইচা নিপাগী মফমদা লমন অমা তোনবা তারে। ইচা নিপাদুবু বাশকহৃৎ খিবদু

ইমা

ঐনা অমদি ইবুংঙো অঙম্বনা থুগাইবা তাযে, অহুনা মতিক চাবা দগি অমা বিচারপতিনা ক্লপা তৌবিয়বদি ইচাগীন্সু ঐগীন্সু বিচারপতিগীন্সু স্বর্গ ফংগনি।

করে অহুদি, মুপী, ঐগী রায় হাইরগে। নহাক মী অমা নংগী খুসীনা হাৎপগীদমক মরম অকবগী ওইরবসু মী হাৎপা হাইবহু থোকলে। নংগী মতিকচাবা শাস্তিদি ফাঁসীনি।

মীয়াম পুম্নমক শুকথনা রায় অহু তারম্মী। তুমিন-তুমিন উন-বাইমুক চিকলম্মী। থম্বাল-না অচিকপহু থুগাইহুনা হাইরকই—

রায়া হরাওনা শাস্তি অহু ফীগাও শানা য়াজরি ঐগ্য্যা। ঐনা থরাই মঙা থাগদৌরিবসিনা জগৎকী ইতিহাসতা ঐনা অমত্তা পোকচবা ইচাগী অচুম্বা চৎপহু লংলবা মরেক্লা ইহুনা লৈহৌরগদবনি।

অহুদগী থম্ব.লবু জেলদা পুশনথরে। লৈবাক প্রজা তিরনা অমুনবা ঙক্লা ঙক্লা রণজিংকী রায় অহু নিংশিং-নিংশিংহুনা ময়ুম হন্নখি।

## তরাতরুক

রণজিৎ ময়ুমদা হল্লকলে। অসোমদা মথৌ পাং-থোক্লমলে—মমাগী য়াথং ঙাকপা অহুগা বিচারপতিগী বিচার। মুঙাইকম থোকই। মীনা থাগৎকনি হাইবগী ঙাক নত্তে, থৌ পাংথোকপগী ঙাক নত্তে, মমাবু মুংশিবনা য়াথং ইনবগীস্তনি।

থাউেশেংবমক্তি মুংঙাইবা অসিতনা মাগী থবাই-হকচাং পুম্বহ পুমশিন্ শিল্লম্বরা?

মহুমক্তি থোক্লমদরে।

মীওইবগী মশাদা থাইন-মৈচাক অমা চাকফম থোকপ-হুদি রণজিৎকীদি তোকপিয়ু হাইবা য়াম্বরা?

য়াফম থোক্তে, করম্না য়াগনি? মাদি মী নত্তরা?

শ্রীরামচন্দ্রনা মপাবু থাদোক্লুনা চৎপবু থাইনমৈচাক লাংদবা য়াথিদে। মহাক্না প্রজাগী পেম্নবা তৌবদি নিংথৌগী মথৌনি হাইহুনা সীতাবু বনদা থাথরবম্ম সীতাগী থাইন-মৈচাক অহুনা লম্মৈ চাকপগুম হৌহুনা শ্রীরামগী থম্মোই পুম্বা চাকপহুদি তোকউ হাইবা য়াথিদবনি।

# ইমা

অহুগা রণজিৎতি মমা মুংশিরবীবু শিজরুরো হাইনা থাদোকপদি করি-করম্বা শক্তি অমা লৈহুনা মমা খাইনবগী মৈচাক অহু থাংবা ঙমগদগে ?

চুম্না মপুন্সী লোইরহুনা শিখিবা ফাওবা মচা কৌবা মী থুদিংমক্না মমাগী মৈচাক থাংবা ঙমদে। রণজিৎকীদি কদাই ? মচিনমক্না শিবগী য়াথং থাবা !

রামনখিবনা মশা অহু পুবা ঙম্মক্রহুনা শোরো শোরো চিংহুনা মমুমদা য়োবা য়ানবা হোৎনরম্মী। তাইবং শাংনা ঙাম্বোইরবা কোরৌহনবা মুমিংকী মঙাম্না পুমঙান ঙাল্লবা পাকচাওরবা লম্বেল অহুবু শুরুা মল্লবা লমহাং ওইনা তৌখিরম্মী। মম্বদা নত্তনা নাকোং ফাওবা পংশরমগুম তৌরম্মী। লম্বেলদা থেংনবা মীশিং অহুনা মখোন থোকনা রা ঙাংনববু করিমত্তা তাদবগুম তৌরম্মী।

করিমত্তা উখিত্রবা তাখিত্রবা অতুগী মরক্তা মমাগী শককম অহুদা উরম্মী, মমাগী খোম্থাং অহুদা তারম্মী। মমাগী মূর্তিগা খোনগনা মমাগী থরাই হকচাং পুম্বা চিংশিন-খিবনা হকচাং পুরিবা ইন্দ্রিশিং অহু মখোই মখোইগী মখৌ কাওথোকখিবগুম তৌরম্মী।

## ইমা

মীওইবা পুম্নমক শিগদবনি থংনা থংনা মমা মুংশিবগী মৈচাক্না থংখিদবা রণজিৎ অহ্ন য়াম্না বানা মমুম থুংজররে।

রাধানা মচাবু উবদা 'ইবুংঙো' হাইনা কপ্পা হৌরম্মী। মাদি ঙসাইনা বিচারগী বা তাররে। অহনা পাও তাবদগী হান্নমু লৈজবমথৈ কপ্পম্নবনি। মচা উবহুদা অমুক হন্না মপী অহ্ন থেমজনবা ঙম্নমদরে।

মমা রাধাগী শকফম অহ্ন উবদা রণজিৎতু অমুক হেন্না থরাই পুবা য়ারমদরে। অরাবগী মথক্তা অরাবা মরোল মরোল হাপচল্লকপহনা মশাহ্ন পুবা য়ারক্তহনা ফমুং তান্না চংলহনা ইন্দ্রি পুম্নমক শিথরবা য়ু-থকপা মীগুম মফম মরাং থংদবমথৈ ফমুংদা মশাহ্ন থাদরম্মী।

পুক্লিংনা চোইরবহুদা ইন্দ্রি পুম্বা শিথরকলে। জ্ঞান পুম্বা মাংশল্লকলে।

হৌজিক্তা ইকন কন্না লৈরম্বা রণজিৎ ইথং-থংহৌদনা শোম্বখিবহনা অনাবা হাইবহু ওইথরে। উত্তুপ অমা তাব-গুম তারম্মী। অউবা মীনা ফীভম অসিদি য়োরে হাইনা হাইনরক্লে।

ইমা

খোইরেন মশা পাইবমখৈ মেঘচন্দ্রগা কৃষ্ণচন্দ্রগা অনিনা মাইবা মাইবী থিবা কোইচেল চেন্নরক্লে।

রণজিৎতি করম তৌরি?

জ্ঞান অমুক মাংই, জ্ঞান অমুক হন্থরকই। হন্থরকপা কালদা মমিৎ অনি অহু কোইনা কোইনা য়েংলকই, কনা-গুম্বা অমবু খৌরাংনা উনিংবগুম য়েংবা মিৎয়েংনি।

অহুদগী লৈত্রে হায়রবরা করিনো খংদে অমুক মিৎ অনিহু উইশিল্লম্মী। ময়ামদনা মিৎ উইশিনবনি অহুগা মঙোন্দদি জ্ঞান মাংহুনা তৌরম্বনি।

রাধানা খুদক অহুমক্তদা মিৎ উইশিনখিবসি জ্ঞান মাংবরা হাইনা খংনবা হাইহুনা ইবুংঙো, ইবুংঙো রণজিৎ হাইনা কৌরম্মী। পাউখুম অমফাওবা লাকপিদে! তাইবং-মালংদা মুংঙাইনা তুমজরিবা মচাহুগী নাকোং য়েৌবা য়াবা খোনদি রাধানা পুথোকপা ঙম্বা নৎলমদরে।

মত্তো অন্নুয়া মুমিৎ শিংবুম তরেৎনি শুজললক্লে। মাইবা মাইবী খুদিংমক্না হিদাক থাবদা মহৈ অমতা য়াজদরে। মখোই লোইনমক চপ মান্ননা হাইরে, অনাবগী হিদাকতি মমা থম্বালতনা ওইগনি।

মমা থম্বাল।

অনাবগী হিদাক! করম্না ফংগনি? জেলগী মনুংদা থোং-শো কন্না লোন্দুনা সন্ত্রী থমহুনা মখুংমক্কা পুথোকপা য়াদবমথৈ থমজিল্লম্লবা থম্বালবু রণজিৎনা করম্না উবা ফংগনি? কনানা মাবু যমনা ভাইহুনা লৈরিবা লম্বিহুদগী মমাই ওল্লো হাইবা ওমগদৌরিবা?

অম্মুক তাংথরবা হিদাক অসিমতং নত্রবদি ডাক্তর মাইবনা গতি লৈজত্রবা? লাইনা অসিগী অরূম্ববু পুবা ওমত্রহুনা রণজিৎনা থরাই-য়াওত্রবা উতুপকুম তাহুনা লৈবা অসিবু শ্রীবিষ্ণু লেংলক্তুনা মাগী কমণ্ডলুদগী গঙ্গাজল চাইরহুনা হৌগৎহনবা নত্তুনা উপায় অমতা উনখিদরে।

মপুরোইবগী দশা উরবা মণিনা থরাই রাবদগী হেন্না করিমত্তা ওমজরমদে। মানা অতুক তৌরম্বা হাইববু লাইদা তুলসী পত্র কত্তুনা মপুরোইববু নিজবা মত্তুনা করিমত্তা তৌনিংঙাই লৈজরমদে।

লৈপাক পুম্নমক অমত্তা ওইনা ভাংনথরে, রণজিৎতি মমানা ফাঁসীগী কৈরাক কাত্রিডৈগী মমাংদা মমাগী মাং থাহুনা চংলগনি।

মরূপ-মপাং কয়া লাকই, অনাবত্তুবু য়েংলগা অহুম হনখি। কনাগুম্বা অমতনা মাগী মরূপ অসি হিংবা য়াইনা হাইত্নুনা হনখিবা য়াওদে।

অনাবনা করম তৌরি? চাংজৎ অমতদা তাওত্নুনা লৈরি। জ্ঞান অমুক হুম্বরকই, অমুক থুনা মাংই। হুম্বগা মাংবগা মাংবনা মতম হাইনিংঙাই লৈতনা শাংলম্মী।

মরক অসিদা কৃষ্ণচন্দ্রনা করম তৌরি?

মানা শিন্‌বনা মমাকনিপাগী দশা তারিবনি হাইনা খল্লম্মী। অত্নুনা মমাকনিপাগী মাইবা শাগে নিংখৎলক্নুনা মমাকী অনাবা নিনি চনবদগী হৌনা থম্বালবু কন্নবা হোৎ-নরম্মী। মহাক্না আপীল তৌজরম্মী।

থম্বালবু শিবদগী কনবা ঙম্বা য়াই, অত্নুগা মীহাৎপীবু জেলদগী থালাস ওইহনবদি ঙমবস্নু য়াই ঙমদবস্নু য়াই।

রাধাখোই মেঘখোই পুম্নমক্না মানা হোৎনরিবত্নু খংই। অত্নুবু আশাদি লোইনা থাদোক্লম্মী। করিগুম্বা আপীলনা ঙম্নবস্নু মচানিপানা তাইবংপাল থাদোকখরবা মত্তুংদা থোক্লবদি মচাগী থরাইদি কনবা ঙম্নরোই হাইত্নুনা চিংনজরম্মী।

অম্মুম্না থুং থাত্নুনা লৈরবা অত্নুগা অশিবগী মমিনা

মূনা মূনা য়েংবা হৌরক্লবা মতমনি। রাধাগা মণিগনা থম্মোইগুংদা কপ্পদনা পাঙ্গল ওইরবা তাপ্পানি।

মুমিং মুংবা মতুংনি। রণজিৎ অদু কোরৌহনবগী য়াক্লবা মুংশানা নম্বগী মথক্তা অমুক হেন্না নম্লুবদগী জ্ঞান মতেক অমা তারম্মী। মিং অনিদু থাদকী অঙাংনা য়েংবগুম পাংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী অমুক কোয়েং য়েংবা হৌরকই। কোয়েং য়েংলুরগা অমুক ভুমিন্না য়েংদুনা লৈরগা ইমা, ইমা, হাইনা শোল্লবা মীরবা খোজেলনা কৌরকই। মনাক্তা ফম্লিবী রাধানা ইমাগী ইবুংঙো হাইনা খুল্লম্মী!

অদুদগী অমুক ভুমিন্না লৈরম্মী। মফম মরাং খংহৌদনা মঙাল অমা উবগুম তৌরম্মী। স্বর্গদগী লাকপা মঙালগুম্বনি। মচিনবান্দা নোকপগী মতৌগুম্লদুনা রাধাগী মাইকৈদা মাগী মিং অনিদু থম্বগুম তৌদুনা লৈরম্মী।

ঙসিদি মচাগী মীহুন হম্বরক্তুনা মখোই পুম্ববু অরাবদগী কল্লগদৌবগুম নিংলম্মী। রণজিৎনা শোল্লপা হাইরকই—

ইমা, ইমাদুবু উরম্মী, মিং পাংথোক্লকপদা লৈরমদরে, কদাইদা চংথরবগে?

রাধানা খুমকম খংলমদে। মচাগী চোইরোল অদু

ইমা

তাবদা মথরাইদি পুবা ওম্নমদে। করি হাইনা খুমগদগে খংলমদরে।

তওক তওক য়েংহুনা লৈরম্মী। মানহুম স্থংগী মূর্ত্তি ওইরমলে। মমা-মচাগী ফীভম অসি য়েংবদা মখোই অনিমক চৎমিন্নখিগদৌরিবরা হাইনা খল্লকলে।

মতম তাঞ্জা অসিদা মশম মনা ইফা ফারহনা থম্বাল অহু প্রেং প্রেং চংশিল্লকই। মচাগী মনাক্তা লেপ্তুনা ঙাইহাক মচাগী মতৌহু য়েংলগা মমিত্তুগী পীগী ইরা খংহৌদনা শিম্বরম্মী।

অহুদগী মচাগী মনাক্তা ফম্নগা ইমাগী ইবুংঙো হাইহুনা মরাইবক অহু মখুংনা নাল্লম্মী। মমাগী খুংকা থেংনবহুদা জ্ঞান মাংলুবা পুম্নমক নোংথাংগী পাঙ্গল চিংশিনবগুম পুংহন হঞ্জল্লম্মী অহুগা হরাওবনা চিংনা চিংনা কৌরকই—

ইমা, ইমা!

রাধাস্থ জ্ঞান হম্বরকলে!

অমুক—

রাধা-থম্বাল—বথজিং মমা মচা অহুম্মক স্থুংঙাইবগী তাইবংদা পান্নখিসি হাইনখি।

---

লোইরবা